# ওলাংথাগী নৈপাক্লে

অইবা :

ওক্রম মংলেম

খোংমন, ওক্রম চিংখেক।

কোংজবী :

ওক্রম ওংবী ইবেয়াইমা

# অইবগী ৱাখল্লোন খরদং

"অপোকপনা ফংঙমজবা মীওইবগী মপোক্ত মপোক্লম্বা শাবী শানৌ অনিনা হুংশি ঈপাক্তা কূমত্থনা অরা-হুংঙাইগী ফম্বাক্তা মৈ ঈশিংনা চামত্থনম্বু কোকত্রবা হুংগী ঈ:চলবু মীওইলক্কী তাইবংপান্দা ময়েক শেংনা উৎঙমখিদনা কলক যেংথীনবতনা কুয়োম ওইরবা মীৱা মৈশালক্তা মীতৈগী চৎনবী কায়দনা সবি-ৱাশক লোন্নখিবা অপাম হুংশি শেৎনা কায়নখিবগী ৱাবীনি; "ৎলাংথাগী লৈপাক্লে" কৌবা ৱারেং অসি পাবিরগা খ্বাই তরানা অইবা ঐবু তম্বী-তাকপীনকপা ওইনা অরানবা কয়া য়াওরবম্বু তাবপীরক্লবদি ইজমনগী মহৈ য়াল্লে থঞ্জত্থনা মথংগী থুৎনমদা হরাও-হরাওনা চুমথোকচগনি।"

⁂ বিদ্যাপতি প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনরি ৱার্কসকী থৌবুরেল অমদি থৌনোম্বা কয়ানা চিরবা মতমসিদা ঐগী ব'রেংশিবু লোইশিনবীত্থনা E/D দা থাগৎচবা নংহনবীবগীদমক তৌবীমল থঙবা উৎচরি। ⁂

**খ্বাই তরাগী অইবা :**

**তাং ১৯। ২। ৮২ ইং।**

# ৱাহৈ খরদং ফোংদোকচবা

"ওল'ংথাগী লৈপাক্লেবু"—পাখীগদোরীবা খাই তরাগী মফমদা কবিস্থু খভজন্দ্রবী ঐনা ৱামাং ?াঞ্জবগী মবমদি অসিনি; ৱারেং অসি ঐগী ঈপুরোইবনা (অইবা) ১৯৬৭ ইংদা ইবা লোইরহুনা যান্না চেকশিন্না লৈরম্বদগী নোংমদি ঐনা থেংনজরুই। খুৎই ওইনা লৈরিবৈদা লাইরিক অসিবু কয়ারক অহাংবা মতমদা হন্না হন্না পাজরুরে। ফজবা-ফজদবা হায়বসিনা খাই পুন্নমক্কী রাখল-লোন্নি; অমুক্তং পাবীরগা খঙবীগনি। ৱারেং অসিদা লৈপাক্লে কৌবা চন্থ অননা হুংশিবা অমগীদমক অবোইবা পুন্সি ফাওবদা মশাবীবু থাদোক্তনা ঈবোযদ লোইনখিবা অমস্থুং বীজয়নস্থু অশেংবা হু শিবগীদমক লেংদ্রেবা উপালগুন্না লৈপাক্লেতগী খঞ্জহুনা অপাম হুংশিগী মৈচাকপু ৱানা-কপ্না খাঙজরগা নোংবান শাবা স্নাযাইমবু ঈথন্নহনখিবগী ঈচেলনি।

ৱারেংসিনা হৌরক্লিবা শাবী-শানৌ কয়াগী পুন্সিদা মীতৈগী হুংশি ঈচেলদি লম্ফাংনদে পনথুংকম অমখক্তনি হাযবা মপুরোইবা নীংবা, হুপীবু থাক ৱাংনা হুংশিজবগী ঈথিনসে তাইবংনা লৈরিব-মখৈ শোন্নহৌনবা হায়হুনা ঐনা ইডুকেসন ডিপার্টমেণ্টতা ১৯৮০-৮১ দা থাগৎচরুবনি ফোংদোকচনবগীদমক। হৌজিক্তি পন্থবা তৌদনা ইডুকেসন ডিপার্টমেণ্টনা শেলগী মতেং খরা পীবি-বদ্ধপদগী ফোংদোকচরে।

লাইবিক অসিবু অমুক্তং খঙ-হৈববা কযানা পাবীছুনা মন্নুগী ঈচেল অমদি অইবগী খুৎই খঙবীনবা হায়ছুনা খাই তরাদা খুদোল তমজবী। লাইবিক অসি E/D ওকিসতা থংগৎচবদদি "লৈপাক্লৈ" হায়না মিং থোঞ্জবনি অহুবু মপুং ফাননবগাদমক "লাংথগী" হায়বা রাহৈ অসিনত্তুং হাপচিঞ্জবগাদমক চাকপিগনি নীংজে।

"খুদোল তমজনিবী"
( কোংজবী )
তাং ২০।২।৮২ ইং।

# লৈপাকলৈ

## 'থোৌরাং'

নোংপোক থংবা চীংগী মরুমদগী মকোয় মান্নরবা চান্দিগী ভোৌনবা লুপা মহেকবুম্না থাবুংগী থাজনা অমম্বগী খয়াৎতগী তাইবংপালগী থব্রাই পানবা খুদিংমকপু কলহৌরগে মতাংগুম ইংনা চিকনা ভাম্লেংইরক্লে। মতমগী লেপ্পা নাইড্রবা খোঙথাংনা মিৎকুপ খুদিংমক্না হোংলক্তবা নত্তে। শংবান্নরবা অতিয়া মকোয়পুংদা 'কবোককৈলনা শাৎপগুম' তগুপ-তরেংনা ভাল্লিবা থোৌবান্মীচাক্নী মইপেনা শিনবা থুংলক্লে। নিংথিজরক্লবা মতমতুদদি মীওই তাইবঙ কয়াম্ন তুম্না হিপ্পখরে। অহিংগী লাইরেম্বানা নাওশুমগী পোরোন শঙুনা য়াতাহনখরে থব্রাই পানবা কয়াম্ন। করিগুম্বা থব্রাই-পানবা অমওগী খোঞ্জেল তাবা ফংবদি লাইরতুনা লেংলি-পাল্লিব উ-ব্রা পুন্নমকম্ন হাই-হুমখিদরে; থেংমনখিবনা। অহিং মমৈ ওইরব্রবদা লিক্লানা কুপ্লবা অপোকপগী থুৎশেম খুদিংমকপু তনৌ-তনৌ উহল্লকই; থাবলগী মঙালনা। ফজবগী মপাল নাইড্রবা মতম অতুমক্তদা থাবলগী ইপোমলক্তা নোংইল চেক্লা অনিখকগু অপাম-হুংশি ওইনজতুনা চাক্তামিন্নরি।

মীচিক-মীরাওখোল তারক্ত্রবা মতম অতুদা পলেম-পম্বোগী সঙ্গাইগী পোরোল কাংতুনা তনৌরবী মীতৈ চম্নু অমথকনা

খোঙথাং ইহুন তপ্না খোংদোইরকথি শ্বর কাওবা চনিং তানা হোন্দবা মখৈ শাহুম পীকনা তুং হন্না অমুক অনিবক যেংলম্নগা তুলশিপুং মযাগী জুবাকুশুম মথোংলোনদা চংশিনখরে অহুবু থেংলবা অহিংসিদা মুজা ওইবী মহাকনা করিগীদমক্তা হুরান-বগুম লোনথুপ-লোঞ্জনরিবা……… ?

মতমগী য়াওন, থিংবা ঙমখিদ্রবা মুংশিগী ইচেল অঙকপনি মীওইবা ! মুংশ মৈচাকনা ঙাওরবী-ঙাওববা, "কনাগুম্বা কনা-গুম্বীশিংগী" মফমদদি তমথিরবা অহিং কয়া'মা ওইহুনম্মু, শায় তিংখঙনা থল্লবা তাইবঙপালসিদমু খারবা মীনোক কথা-মস্থু, অয়ুক্কী লিক্লানা মুংশা মঙালদা তুম্বগুম পুম্নমক অ.রম্বা ওইহল্লি মখোয়দদি। কিবা লৈতে— ; শীববু শান্নপে.ংখুনা খন্দোরকই অসিনি হোংবা নাইদ্রবা মুংশিবগা অ.শংবা মুংশি ইচেল হায়বসে।

মপোকলৈগা অম্মুম্না মতোমতা হা১ক হুনবা অহিংদদি লাইরহুনা মুমিৎপু তাগ্রবদি থোংঞ্জিলদা কাম্থোকপদা ঙনজদ-হুনা মমাগা মতেং লৌজখিবি মহাকনি। তৌববুদি মহাক্তসু নত্তে,—ইনথৎলকপী মুপীমচাশিংনা কিগনবা কেজ্ববা-নৌজবা হায়বসি মখোয়গীদি তৎনা-থানরক্তুবা অপোকপনা পীবক্লবী মতিক-ময়াই অননি। সংসার'সিদা ফুগাইনা শাংলগা লৈরাং কয়া উরুরগা সৈথাবশিংনা চাংদম্নরম্লীবনি ; "মুপী হাযবসি লৈরাংগুম্বনি।" অসিগুম্লবী লৈবাংগী মপোক্তা পোক্লম্বনা মুপী ওইবীশিংগী হকচাংবুসু, খোইমুনা লৈম্নাংদা কাইদোংনিংবগুম্না

কলকনিংথাই ওইববা তোপ-তোপ্পা মতিক-মগাই কগাম কুনম্থু তুংতুনা লেরম্মী।

কনাগুম্বা মহাকম্থু ঙসিদি কিবা লৈখিংরে। কবিনা হায়ববু নিব হায়বসি মকুওইনা মীওইবগী বাখলন। শেম্বা ওইরগলে, 'মুংশিবগী মফমদদি মিৎকুপ থুদিংগ' হোংলকপা লৈচিন নোংফাইগুম্বনি। ঙসাই মখৈদি তুমিন লৈখিবগুন তোই। অদুগদি শারী-শানৌ অনিনা অহিংগী অচিকপা কয়াবু থুগাইবা হোরক্লে। লৈবাংগী লৈবাংদা যারেক্লম্বা খোইমু কযাম্থু চংবা হেরক্লে। মপাকংগী খোইমু শহুম ফংজদ্রিবী লৈবাংদা চিরাংবদু উরগা পাট জম তোইবা মালংবনা লৈনন চনখ্রনি রাজত্তুনা লিবি, লিবি তৌদোকপীরম্মী, ঙাথেংতুনা। চেংজৎ কোনশিনবীবগা তুজ্জাগী মাইথোং লকাদা হন্না হন্না চুপ্রগা—"ঐনা নংবু মুংশিজবগী ইচেলদি মসিগীদমক্তা নত্তে। পম্থুংফমতবু ত নবদা অবেপ্পা লৈতনা চংশিনমিনপ্পবতনি। ঐনা কযাবক নতগী নফমদা রাশকচখিবতুনা অরেপ্পনি।" কনাগুম্বী অদুনা হাযবক্লম্মী; 'নঙংলাংগীদমক্তা পুন্সিচুপ্পা কংথোকচববনি। মীনোক চাউরবা, মীরা ঙাংনবতনা পেগবব তাইবংপালসিদা ঐতবু কাওবীগম্নুকো...... ...। নহাক্তনা গী পুন্সিচুপ্পগী থরাইনি। অদুগনে, মুপাবু থাজরুবদগী ঙসিগী স সারদা কপ্পদনা পুন্সি লেনহৌরীবী চহুরাশিংগী মহুংদা ঐবুম্থু য়াওহনবীগম্নুকো মুংশিবা ......!!" রাহৈ থরসি হায়রম্লগা লুরবা ঈঙাগী

নোংলিককুম থোৎ-নৌরবী মুজাগী মাইথোংদা শিন্থরকপা পীরাংতনা ইচেল ওইনা শিন্থরকপত্থ উবগা পাখংতুগী থম্মোইদা তূজুংহন্দবা নত্তে। তঙাং-তঙাংলবা লৈরাংগী লৈকাদা অয়ুক্কী লিক্লানা নপ্পগুম তনিক-তনিক শিন্থবক্লিবা পীরাংশিংহু হন্না হন্না তৈথোকপীরগা পাখঙ অহনা হায়বক্লম্মী।

"পুন্সিচুপ্পা ঐদি নংগীদমক্তা হিংগদৌরিবানি হৌখিবদস্থ নংতগী ঋাখলনা হিংলক্লী। লৈরাংনা লৈমন চনখ্রবস্থ থাংজহোগে মপাং কাইনববা চেক্লাগুম………।" ঐনা থাজত্রিবদি অরংবতবু মুংশিগনবী মপী নথোয়তবুনি। অস্থুন্না ঋাগী মতাং ওইবনা মখোয অনিমক নত্ত নত্তবা ঋাখলনা ঙাইহাক পোথামিন্নরি। লি-বি হস্বা মালংবনা থজিক্তং থেংলবদা চোইজাইনরবা মুজাগী শম্নাংনা মেবাথাগী থাজগুম নিংথিজরবা মাইথোংবু থজিক্তং খুমজিনথরে।

ইকায় ইকি লৈনরক্ত্রবা মুংশিবগী ঈচেলতনা ঙাওরবী মুজাহনা পাখংতুগী মখোং শোক্লগা খুউ-লৈতানা হায়খিরম্মী, "ঙসিদগী ঐবুস্থ নংগী অন্না-মুংঙাইগী লম্বীদা খোংদাহনবীরো পুন্সিচুপ্পা তুংইনবী ওইজরগে মুংশিবা ……!" পাখঙ অহু ইঙক ঙকই, মুমিং অহুগুন্না কৈদৌঙৈদস্থ অস্থুন্না হায়রকথিদবনা "ঐসে নংগীনি। করিগীদমকা ঙাইঙমত্রিবনো……? ঐনা নঙবু থাদোকপা হায়বসি ওইথোক্তবনি। অহুবুনে ঐনা লমদম তান্না চৎখি ঙৈদা শকহেনবী ওইবনিনা পলেম-পম্থোগী অনিংবা

ৱাখল লৈরমহুনা ৱাশক পরৈ ঙাকপদা লাইবক ফবা কনা-
গুম্বগী পুন্সিগী নাচোম শেম্বদা ………ওইগী লৈতেং ওইহুনা
……? শাগৎচরুবা ঐগা অশাসে মঙলানগুম তাহুনা তোক্লগদ্রা ?
লাইর মচানিনা মতম খরদং লৈত-লাইর থিবা ………।”

প্রমান পান্থৈ তৌহুনা শীঙেল চিনিচম্প্রাগুম ৱাহৈ অমগা
কোচি অমগনা ঐগী থম্মোই লাংতকনহলবিরগনু। অহুগী
শরুকপৃদি অরেপ্পা হুমিং অমা খংহনবীরমলো…… …।”

তশেংনা হায়রদা শাবী-শানৌ’ অনিমক থম্মোই শেংনা
হুংশিনৈ। অতুবু অরেপ্পা লৈরক্তুবা মতমসিদা মশানা মশাবু
মখোয় মখোয়গী থম্মোইদা চিংনহল্লক্তুব’ নত্তে। ল ক্লিবা য়াওশং
লোইবা হুমিত্তা নং+ঐগী অনিংবহু পাংথোক্লসি। ইসিদি
কাইনরসিকো।” ৱাহৈ খরসি হায়রয়গা হুপাহু খোংথাং অহুম
মরিদং থাদোকপা হৌখরে। মখোয় অনিমক মমিৎ তথক-
তথক তুং হন্না হন্না য়েংনরগা মিৎচানৈ। চহুরা ওইবী মহাকসু
পম্থৌগী মাঙ্গোলথক্তা হুংশিবনা চৎখিবা মায়কৈতু যেংহুনা
খাংহৌই। হায়নিংবা কয়া কয়াসু ইকায়-হুংশি য়ান্নখিবনা
ফোংঙমখিদ্রবী কনাগুম্বী অত্ত তপ্লবা শাহুম অমদা নাশোন
পীকনা চংখরে।

নুংশিবা হায়বসি নুংশিবা মশক খংদ্রিবা অমদা মশক
তাকপা তারবদি য়াম্না ৱানা থোক্কনি। অহুমওইনমক নুং-
শিনজরিবা শাবী-শানৌশিংগী’ থম্মোই লকানুংদদি মশক
নাইবা পোৎকুম্না অমমম লৈনৈ। নুংশিবা হায়বা পোৎশক’

সিমগা মরি লৈনরুবশিংগী থম্মোইদদি হোংবা নাইররোইদবা কোক্লরোইদবা মচুগুম্না, "ন্থংপাক্তা লাইরিক ইবগুম্বনি।" মুংশি-বগী বাথলদি মপাল নাইত্রবা সংবান্নরবা অতিয়াগুম্বনি। ঈপাক অসিদবু তাওত্না অরেপ্পা থোংথাং অমদা মথং মথং থাং-জিল্লুরবদি থক পন্থুংফম য়োদনা ইরাকনগদগে। অসিগুম্লবা অবাং অনেম থাইত্রবা ইচেল ইরৈনা 'শাবী+শানৌ' অনি-সিবু নোংম নোংমগী পন্থুংফমতবু ঙাইবদা লেপত্রবা মতমগী লমায়না মথং মথং ঙসিগু ফাকখৎখরে।

—————

# মো হায়বা লাকপা

তশেং তশেংনা সংবান্নরবা অতিয়াদা লংলবা মিঙশেন গুম্না হায়নিংঙাই লৈতনা ঙাল্লি কোরৌহনবগী শক্তম্না; উতোন বাতোন লোমখরে। ফাইরেন থাগী অরেপ্পা লৈত্রবা ঙৌরবা নোংঙম কয়া বয়ানা পাইরম্লগা মাঙখিবা থংহৌদে। বসন্তা চংল-কপগী হৌনবা লেংলি-পাল্লিবা, উ-বা খুদিংমক শকফম হোংলকই লাকেল থা ওইরুবনা; ফজবা শকলোন কয়াশিংহু উবা ফংলক্তরে। পুংলবা মনালক্তা পোমশাংনরিবা হৈনৌ মপালশিংহু য়েংবদা পুকনিং হুদবা নত্তে। মরক মরক্তা নাম্মীবা মলয়ানা হুমলকপগী হৌনবা নুংশিরবা হৈনম- লৈনম কয়াগী মনমত্না মীওইবগী থম্মোইবু শুন্ধংখিরম্মী। পোম্বী-চেক্লা কয়ানা উশা-বাশাগী

কৈরাথক্তা মপুগী কোলোই শক্তুনা কাইদোংলি। মপাং য়াও-ক্তুবা চেক্লাসু ফৌশুখোংদা চাক্তরী।

মতম অদুমক্তি কৌরৌহনবগী মমিনা ফক্লাং তাবদা মঙাইরি। পম্বোগী মাঙ্গোল খেমঙোংলাংদা চরৈ ফিবু শা, ওইনা পাং পাইদুনা, য়েংনা খুৎলি চিংদুনা খোংগী তাম্বাগা লোইননা মপুং মরৈ ফারক্লবী, অয়ুক্তী কৌরৌ মশেকনা য়ৈবদা লৈরাং থম্বালনা শাৎকায়রকপগুম্না নিংথিজরক্লবী, কনাগুম্বী চনুরা অমনা মমায় মথা ওল্লদুনা ঙসাইদগী ফিশাবা লেপ্লক্তি। হুপামচা অমসু ফমেলদা লাইরিক ঔরাইরি। তনাল তনালবা ইনা কুপ্পা য়ুম্বালনি। লাক্লিবা মী খরদু উরগা হুপামচা অদুগী লাই-রিক পাবগী খোঙেলসু লেপথিবগুম তৌই।

থংহৌদনা মীয়াই চল্লক্লবী হুপী অহুমখকসু তুংথা-মাংথা চংশিল্লক্লম্মী। লাক্লিবা মীওইশিং খরদু উবগা ফিশাবা লেপ্লদুনা মিৎকুপ অমা ফাওবা লোইঙমদনা য়েংথোকলম্মী। মিৎচানবগী থংনবা মিংকুপতা যিশারীবীদুনা মহাক্কী থম্মোইদা ইচম চম্না ইচেল অমা ফাওরকপদুদা ইকায় ইকায়না হৌগৎলক্লম্মী। অচগা ইমুংদগী ফক অমা লৌথোকম্নবা চংগে হায়দুনা ফিশা ফালদগী কুমথরকপদা ঙাইরিবৈনা হুপীশিংদুগী মরক্তগী অমনা "ইবেম্মা, ইমাবু চৎথোকখিবরা?" অসুম্না হংলক্লম্মী।

লৈশাবীদুনা, "চাক থোংলি এ······ ! কৌথোকচরুখিগে ফকসিদা অমুক্তা লেংশিনবীরকখো—ও—!!'

অম্মুন্না উরুম লাংলবা লৈরাংগুম, ইকায় মাইথোং উৎলম্লগা লৈশাবীত্থু ইত্থুংদা চংখরে। লাক্লিবা ময়ামত্থুনা চিবোন-চিবোন ৱাহৈ অমনিদং ঙাংনখিবগুম তৌই। লাইরিক পারম্বা মুপামচাহুস্নু ইমুংদা চংখরে। মমা অত্থু তপ্নী তপ্নী থোরক্লম্মী। অত্থুগদি তোইনা উন্দবগী হৌনবা হরাও তয়াম্না কৌনরম্মী। চরাংনরিঙৈগী মতম অত্থুমক্তদা ইমুংদা মচিন মপৌৱা 'নঙ পীরুচো, চৎলোবা! নঙ হেক পীরুচো ......।" অম্মুন্না তকনবত্থু মপালদগী মীওইশিং অত্থুনা তারম্লগনি খল্লকলহুনা ইকায় ইকায় থোরকলগা হিদাক ঙাম্মক অনিগা লা মচেৎ অনিগা লালম্লগা চংখরে।

মরেপ ৱাংবী অমনা "ইচে কেতুকীগীদি য়ুমদোমপোক ওইনা তৌরদনা য়াম্না ইংনা চিকনা পাল্লিবা ঙাংনিদনা ...?" কেতুকীনা নোকমী নোকমী খুমলকলমই, — "উম! মীদি নখোয় তাদ লৈতভেদগী তৌরিবসিনিদনা।" অনোইবা মুপী অমনা অমুক হায়রকলমই; — "ঈবেম্মা কেতুকী নংবু করি খল্লিবগে ......? মুপামচাহুস্নু লাইরিক তম্বা চৎখিবহুস্নু লোইরক্কদোরে য়ারবদি মুপীমচাগী কুঠিস্নু ঙসিমক পীবীরোদনা......। মখোয়নিগী পকনা-ৱাইনবরা হায়বহুস্নু য়েংথোকল্লুরসিদনা ...।" কেতুকীনা য়াম্না তপ্না "ফনি ইচে..., হয়েংদি মুমিৎস্নু য়াম্না ফৈ। ননাওগা পুন্না হেক পাঞ্জিদা চৎমিন্নরুরবা হায়বত্থুনি।"

অস্নুম্না মমানা থুমখিবা পুম্নমক মাঙ্গোলদা ফিশারম্বী লৈশাবা অহুনা নিঙোল কাদা তুমিন ঙসাইদগী তাবা তেক্লো। খল্লু খল্লুরগা মতে'মত্তা মওল মওল খল্লহনা ব্রাখনগী পোৎলুম ২ গা মথক্তা অনৌবা পোৎলুম অমস্নু নোনা হাপকৎচবা হৌরক্লে।

মো অমনা য়াম্না চিং-লেম্না কেতুকীদা হংজরম্মী। "হুপীমচাগী মমি'বু 'লৈপাকলৈ' কৌবরনে ইচে।" অস্নুম্না ঙসাইদগী ব্রা অমত্তা ঙাংখিদ্রিবী লৈপাকলৈবু মমৌ ওইজনিংলিবা হুপাহনা হ'লকপা অহুদা লৈপাকলৈ মমানা থুমখিরম্মী। 'উ, ...... ময়াম্নদি লৈপাকলৈ হায়রগা খংনখ্রবনি অহুবু ঐনদি স্নাংল হাননস্নু কৌজে। ঐখোয় হিঙ্গোলক্নংদস্নু স্নাংলস্নাহলদা মকৌবিরবনি।" মসিদা নঙনা অতোপ অতে'প্পা ক" ব্রাহং পাওহ'নরগা লৈপাকলৈবু য়েংবা লাক্লম্বী হুপীশিং অদস্নু হনখরে। মমাস্নু ময়াম্না চৎখ্রবদা চাকথুমলোমদা পন্থবা তেদনা চংলক্লে। ১পৌব্রাদি ময়ানা চংলকপগা স্কুল চৎচনবগীদমক্তা চাক চাবা চংখরে। লৈপাকলৈদি মপাল থোরক্তুনা ফক হৌগৎলগা ফিশাবা হৌখরে। অহুমওইনমক মমাগী ব্রাখনলোন অমস্নুং লাক্লম্বীশিং অহুগী বাহৈ বা নিংশিংলুরগা মহাক্নী থম্মোইলকাম্নুংদা করিগুম্বা মথৌ অমত্তা খোইজংখিদরে। লমদম তাম্না লৈখবা মহাক্তবু মিকুপ থুদিংগী মিৎয়েংগী মমাংদা থমহনা খোলথোক্তনা মশাবীগা ব্রারী শাজবা হৌখরে।

পাবীরীবশিং:—লৈপাকলৈ হায়রিবী হুপীমচাসি নো'ম থাবংগী

অহিংদা থোরকখিবী কনাগুম্বী অত্থনি কনাগুম্বা অত্থনা মহাক্কী পুন্সিগী লেংঙ্রবা মশাবী অমনি। অসি যৌনা তিন্ন-তোংনত্থনা হুংশিনজখ্রবা, হুংশি ঈচেলস্ পুনখরবা লৈপাকলৈগী পুন্সিনি। মঙফাওনগদবা কুইঙ্রবা শাবা-শানৌগী পুন্সিবু মপোকঙৈগী খংনখিদ্রিব কনা গুম্বা অমদা থাজবা হায়বসি লৈপাকলৈ মমাগী সেরান্নবা ৱাখলনি। করিনা হায়ববু মচানুপীগী পুকনিংগী অরেপ্পা ৱাখনলোন্দি খংঙমদনা থাজথে ব্রবদি তুংগা পুন্সিদা করি ওইরক্কনি............?

— ———

# লৈমন চনখ্রবী

মতমনা কনাবু ঙাইবীবা য়াওখরবগে? লেপ্পা নাইঙ্রবা তুরেল গী ঈচেলগুম্নবা মতমগী ঈপাবপু মালেমসিদা পোকখিবা করম্বা মীওইবশিংনা থিংত্থনা থম্বা ঙম্মগ্রবগে? অকনবা নোংলৈ-হুংশিং, লাঙ্জাওদা অয়ুক-হুংথিলবু ওম্নতৈননা থম্বা ঙমখরবগে? অরেম্বনি পুম্নমক অরেম্বনি মীওইবগী ৱাখন। মীতৈগী মাইচৌ কয়া-কয়া "লৌরেশম থোংনাংথাবা" ফাওবা মতমগী ঈরোলহুংদা লুপখিবা ঙাক্তনি কাওবীরবরা? ঙরাং পোম্লম্বা লৈরাং ঙসিদি শাৎকায়-খরে; শাৎলম্বা লৈরাং কয়া কয়া ঙসিদি লৈমন চন্দুনা মাইথিখরে। অহল ওইবশিংনা মতমগী ঈচেলগা খোংবু ওইত্থনা পম্মুংফমগী লম্বীদা চংশিনখিত্থনা লাইরৈবাক য়োনখরবা! নহা

ওইবা কয়ানা লংলবা থাংশাংনা হায়বগুম মরোশিংগা লোই-
ননা মতমবু থৌশারুবা লৈতনা তাইবঙপালগী ঈপাকসি লাম্হোক-
নবগীদমক্তা ৱাখনগী হিনাও তোংহনা পন্থুংফমগী মাইকৈদা
হোঞ্জিনবা লেপ্তুরি। কয়া'মনা ঈরাকনহনা লমাথাংদা মাংনথরবা;
কয়া'মনা মিংচৎকী উরোং খিল্লম্লিবা ........। পুন্নমক মতম্না
মীওইবগী নাম্হোকপা য়াত্রবা মখল মখলগী লাং ওইহনা
থুরখিগদবা ঙাক্তনি।

মহাক্তগী ৱাখল থন্না থন্না ঙাইজরক্লিবা কনাগুম্বী অমনা
মমান্নবী অমবু হৌরুরগা পুখি অচৌবা অমগী মমাংথংবা অৱাংগী
চিদায়দা ঙাইহাক লেপতুনা লৈরম্মী। মিকুপ থরগী মহুংদা
হুমিৎ কয়ানিমরুম উনজরক্ত্রবা মশানৌ অনিবু উন্নজবা ফংজরবা
অহুদ ইকায়-হুংশি লোঞ্জাননা, ঙমখৈ লৈতনা মখোয়নিগী
থম্মোয়দা নাম্মীবা মালায়ান' হুমলকপদা ঈপাকনা ঈথক-ঈপোম
হৌরকপগুমনা মতম কুইনগী নিংশিং শক্তমবু অমুক্কা হেন্না
ময়েক্ক শেংলকপগুন্না হুংঙাইব', হরাওবগী ইপোম অহুতনা শরুক
চামা হেন্না ফাওরক্লম্মী। মতম অহু কাহেন্না থেংখিদ্রি, য়াওশং
লোইবা হুমিৎ ওইবনা মাগী মাগী হুংশিনজবা-হুংশিনজবী
কয়াগা ফুরুপ-ফুরুপ হুংশি-হুংওনগী ৱারী শারহুনা চৎমিন্নরি।
থরনা শারবা হুংশালক্তা ঙসাই মখৈ কোইথোকলুবদা ৱারহনা
উরুম লাংবা মফমদা মীগী থোঙ্গালনি, উখোং-ৱাখোংনি হায়বা
থৌশারুদনা আবের তৈনরি। মমিৎ মমাই ইঙাং ঙাংলহনা
কয়া অমসু চৎমিন্নরি। পীক্লিবা হুপামচা-হুপীমচা কয়াসু

কোইতান তান্নদুনা আবের খুবান-খুবাম তৈনরি। মফম মফম খুদিংমক্তা অস্নুম্না শেল মুনবা, আবের তৈনবনচিংবস্তু ভোদব নত্তে।

ঙসাই পুথি, অচৌবগী মনাক্তা লেপ্ললম্বী অনিহুস্তু মখোয মখোয়গী কনাগুম্বশিংগা চৎমিন্নদুনা ৱারী শানা শানা অৱাং পাংনা হায়গৎখিরম্মী। চৎপা মথৈ চৎলগা পোৎফম ফম্বী অহল ওইরবী অমদগী আবের খরা লৈরগা থোঙ্গাল মনুংগী শম্বলনৈ মখোংদা আবের তৈনবা লোইরে। কা হেন্না তৈরবনিনা ফি-রোল, মমিৎ-মমাই খুদিংমক অঙকপা ফংনা উরক্লে। মখোয় মশেন অমনা অমবু তৈথোকনরদুনা মমিৎ তথক-তথক য়েংজজরমই। মরৌ লৈরবা মিস্নাগী লাংথাক, শুমহৎনবগী লৈতেং হাপ্লবা চিনবানগা মখোল থোক্তুদা নোকমিবা ৱাহৈ কয়ামরুম হায়নবগুম্না মখোয় মখোয়গা থম্মোইদা হুংশিবগী ঙথক পরেংগুনা মরোল মরোল কুপ্লক্লে। হৌখরবা পুন্সিগী লেমহৈবা ইতিহাসকী লমায়দা কোক্লরোইদবা হুংশিবগী মচুতনা মিৎপ খুদিংমক্কী ৱাখল্লা কলম ওইদুনা থম্মোইগী লাইয়ুমথক্তা পন্থুং ফমগী অনৌবা লমায় কয়া ফাকৎতুনা ইবা হৌখরে।

হঙ্গামপালগী ফি মতেক অহুনা মকোক থুমলগা মহাক্কী থৱাই ওইজরিবা পাথং অদুদা মমিৎ তথক-তথক য়েংজরগা হায়জখিরমই। "অরেপ্পা অমা ঙসিদি খংহনমিরমলো হুংশিবা ..........।" ৱাহৈ থরসি থম্মোই শেংনা হায়দোরকপা অদুদা পাথং অদুস্তু মতম কুইনদগী নিংজরক্লবা পন্থুংফম হায়বদু

মঙফাওননবগীদমক্তা চঙকনহুনা লৈথোকপা ঙমলক্তরে। মুক্তা মাবু য়েংঙমদনা অপাম-মুংশিগী ঈরৈদ লেপ্তুনা তাওথরহুনা অরেপ্পা অমা ওইন হায়খিরমই। "শজিবু থাগী মরিনি পানবা য়ুমশাকৈশাগী মুমিৎতা নংবু ঐনা মীমাং থোকনা খুজেং পাললোইন্দুনা…… নঙবু ঙম্বীরগত্রনে মুংশিবী ?"

পাখং অহুগী ৱাহৈহু তারুবদগী তনৌরবী মহাক্কী থম্মোইমুংদা অঙাওবা ইরৈ অমনা থেংলবগুম্না হাযনি হায়রোই খংদনা হায়খিরমই। "পাংদবা নহাক্কা মুংশিঞ্জকুবনা অসি য়েৌনা ৱারবা মপোকনি। কলকনবতনা কুযোম ওইরম্লব সংসাব অসিদা ঐদি নহাকনা হায়রিবা মুমিৎসিদ শোহরবাদ ঐবু মফম কৈদমু অমুক হন্না উবা ফংলরোইদবনি মুংশিবা ‥ !" কনাগুম্বী অহুগী নিংথিজরম্বা মাইথোং লকাহু লৈথোক্তা কনথৎপীরম্লবী লৈরাংঙম ৱাহৈ খরসি হায়বা লোইবগা ইমক-মকশিনখিরমই। মুক্তা মাগী অর্থ লৈরবা, লৈনম চেল্লবা ৱাহৈ কয়াসিনা পাখং অহুগী থম্মোইদা লমফাংনহনবা মহাক্কী ৱাখলবু লমুকনহনবা খন্থবদা লাম্বা ফংজত্রবা পোকপদগী তাখিত্রিবা য়ারানা তুজুংনহলকপহুন। লুরবা লোক্কী ঈশিংবু মিৎয়েংনা অরুবা ওনবগুম্না পলেপফম খংত্রবা পম্থ্ৰলমদাইদা হিরাকনবগুম্না হায়কম খংদনা খোঙথাং কয়া খম্না খম্না মোঙফমগুম্না লৈহৌরে।

পাখং অহুনা খঙবা হৌরকই; — "করিগীদমক্তা নহাকনা অমুক মুংঙাইডনা ঐঙোম্দা তাহলকলিবনো ? করি করম্বা ঐগী

ইশুংলাংগীদমক পলেম মমান' ·· · ।" করিগীম্ব চিংনরোই ·· ··· পাখংসিগী থবাই ওইজরিবী মুজা মহাকনা ওইজবম্ব তাই-বংদা অঙকপা, অকি-তুজুংবনা থল্লবা রাঙাং ওইবনা। অমুক মুংশি মাবু য়েংঙমজদনা মশু'লা গী য়াইবী-থবাই থারবস্থ থা-রগে খন্না লেংদ্রবা উপালগুম্না হায়রকলমই। "নংবু উশিং থওইদবা কনা লৈরিবগে সংসারসিদা ······; নংতাদমক ঐ লৈরি কাওরববা ?' হরাও মোমে'ন মিনোক্না লোইননা য়াম্না চীং লেম্না পাখং অহৃগী রাহৈশিং তাজরগা অহৃ মদোম পেঞ্জবনই।

মখোয় অনিগী মিরবা খোঞ্জেলশিং অহৃ তারগা মাংওইননা চৎলিবা শাবী+শানৌ অনি অহৃম্ব খোংকাপ ইহুন তপথরক্তুনা পুন্না চৎমিন্নরক্লে। অতোপ্পা মমান্নবী অহৃন পাখং অহৃদা রারী কয়া লিজহৃনা তাহনখরে। ঙসাই মখৈ ফোংদোকচবা ঙনঙ্গ-রক্তুবী মুজা মাম্ব মনান্নবী অহৃনা পাওদমখিবা অহৃদা পোক-চমন মহৈ য়াম্লে খঞ্জখি। রারী খরহৃ তারুবদগা ঙনখৈ লৈতনা পাথং অহৃদদি খোংথাংফম থংলক্তরে। অহৃবু হায়জনিংবা কয়া ফুম্বংনরহৃনা মুংশিং শিংতবা মতমগী উপালগুম্না মোং হাখিদরে।

মতম অহৃদদি লমতাগী মেংনা ওমচাকনরকপা মুমিংনা সংসারগী কোকথক্তা চপ যুংনা য়েংথরক্লে। মিকুপ খরা চৎ লবগী তুংদা মখোয় মরিমক শিংজমৈ কৈথেল য়ৌরে। থোং লাম্হোক্লপগা হোটেল অমদা চংহৃনা ভাইহাক পোৎথা-বা ওইনা ফমমিন্নরমই। .

ভুকান ফমলিবী ঈমা অতুনা নোকমি নোকমি ৱাহৈ থরনা ফাগী তেঁ।তুনা লকনরমই। ইকায় থিগনবী ওইবনিনা হুপীমচা অনিহু হকচিক লাংবা ওইনা মপান্দা থোরক্তুনা মিকুপ অমা অনিদং লেপ্পদ মঙাইরি। পরপ-পরপ চংশিল্লক্তুনা মখোয় অনিনা লাকনিগ্নরিবা পাথং অনি অতুগী মনাক্তা লেপলম্মা। ঙসাই ৱারী শাতুনা অপাম হুংশি পলেপনথিবী হুপীমচাহুনা হায়রক্লমই ; - "ঐদি ঙম্মোই হায়রিবসিনি; ...... মখোয়গী তামো চাওবা হায়বসিদি ওন্থোকনা ঙাওশিন্নখরে —।"

চাওবা হায়রিবা হুপা অতুগা মমান্নবা অমগা চংশিলক্তুনা থ'না চান্নবগী হৌনবা ফমলিবা মমান্নবশিং অতুদা ৱাহৈ থরসি হায়জরমই। মরুপথোয ওইরে, ঈচলশিংসে অবের অমুক অমুক্তা তৈজগেকো ......।' হুপীমচাশিং পুরক্লিবা মমান্নবা অনিহুনদি চাওবখোয়বু কিরুবা নত্তনা মরুপ-মপাং ওইবগী হৌনবা য়ান্না চন্না থুমখিরমই —। " ফনি, ফনি মখো'য় অনিনবু য়ারবদি মরুপখোয়না হায়ববু ......।" তৈদনবা হায়হুনা মমায় থুমহুনা ঙাইহাক লোৎচবদগী য়ারক্তুহুনা মপালদা চেন্থোরক লমই মখোয় অনিদি থোইনা চিংনরুবা লৈতনা ফমলি।

মীওইবা থুদিংমক মপালথোংগী চেংলৌ-শক্তম মান্নদবগুম্না থম্মোইহুংগী ৱাখলম্ তোঙাল্লি। মপালথোংগী নিংথিজরবা ৱাহৈনা ৱারক্কী তযালগুম তাবদা খোইথুন্নজরবম্ অমুনবা তৈদা তিল চংবগুম্না থম্মোইহুংদদি ফত্তবা ৱাখত্তনা মাংননবা শিনবা

কয়ান্থ য়াওরিবনি। অতুঙমলবা মীওইশিং অতুগী মহুৎচলবদা চাওবখোয়স্থ হিংলমলে। মুপীমচা অনি অতুগী মনক্তগী অমদি ফাহনা পুখয়ে। ফাখিব্রা মুপীমচা অতু কাওবীরবরা; "লৈবাকলৈনি"

কনাগুম্বা অমগী পুন্সিগী পন্থুংফম লেপ্‌নগব্রী মুপীমচানি। কপ-লাওহনা পাখৎপগা লোইননা খাংহৌরীবী মুপীমচা অসিনা থাবল্লেনি। থাবল্লে হায়রীবা মুপীমচাসি পীশক-পীকলিংদগী লৈপাকলৈগা মত্তা শানজরকপা লৈকায় অমত্তদা লেমিনজবনি। কপ্পা-কপ্পা থাবল্লেনা খোংকাপ খরদং চেনলক্ত্বনা বীজয় অমস্থং রাজেন্দা থোকখিব্রা থৌদোক অতু তল্লরে। থৌদোক অসি মিকুপ খরগী মহুংদা থোকখিবনি। লৈপাকলৈবু চাওবখোয়না জীপ অমদা হাপ্পহনা ব্রহ্মা রোডকী মতুং ইন্না পুখরে।

বিজয় হায়বসি লৈবাকলৈগী থল্লাক ওইজরীবা ফিজিগী মনিনি। কাওবীরব্রা• নোংমগী থাবলক্তা অহিং মিশেল খাংহনা মুংশি ইখৌ লাংমিন্নখিবা মশাবী অহনি। রাজেন হায়বিরা বিজয়গী মমান্নবা অসিনা আই-এ তম্নীবা ডি-এম কলেজ ছাত্র অমনি। ক্তংডায়-য়াইফথোইরবা ইমুং-মনুংগী শিংথানরবা মচা-মশু নত্রবস্থ চাবা-থকপা ল্বাত্তবা ইমুংগী মচানি। বীজয়গী অন্না-ক্তংডায়দা চেলক্তরবা মরুপনি। মখোয় অনিমক থোকখরব থৌদোক অসিগীদমক খল্লুবদা থম্মোইদা তাশোন্না থিনবগুম ভোরক্লে। থাবল্লেনা পাও তম্নবা মিকুপ অহুদগী খোলথোক্তবা থম্মোইগী মীকপখোল অমনা বীজয়গী থম্মোইগী তান্নবা ভোর্বান্দা পুন্সিগী তপথদ্রবা খোজেল অমা তাবা হৌরকখি।

থম্মোইনুংদা মদোম খঙ্গখি ; "ও ! ঐ অসিবু চিংলুবগী কবি কাম্নবিবগে ………!" ' খঙ্গ হাযবচ মঙায় ভাগ্রুম মমৈদা খুজিন্না শিকপগুম উপায লৈত্রবা বজয, রাজেন অমদি থাবল্লে ন্যংগুক ন্যংজাননা হনবা তখি। মীনাং পম'--নাইদনা ইল্লিবা ফি মতেক অত্থনা মকোক থুম্নগা হিকনা-হিকনা কপ্লমই। লেপ্পা লৈতনা শিন্থরকপা পীরাংনা থুমহৎলবা মাইথোংবু উরগা বজয অমস্থুং বাজেম্মা থেমজিনবিম্নই।

থোংদোক অত্থগা মরমদা খংহৌ-উহৌবশিং কযনা চাওব-খোযবু ভমখৈ লৈতনা পেম্নখিদে। যত্তবা মাবু কনানা অৱাংবা থাক্তা শেম্নবগে ?

ভাল্লবা সংসারসিদা লৈপাকলৈবু পোমশাৎনরিঙদা তম-খিববা কনাগুম্না কনাগুম্বশিংনা অচনবা অযুক্তা লৈখাত্তগী থদৎপাওনা চম্নফম খংদনা লৈমাযথক্তা লৈকা চোইনা খোঙ্গাও-নহনবাবগুম্না খাংভু থক্তা লৈমন চলহনখরবদা মরু ফুরুবা উপাল-গুম্না অমদি মচোই-মচোই তত্তনা তারবা কানন্দ্রবা লৈপরেংগুম ; হিথুংলমদাংদা হিবাকনবগুম্না অবেম্মা মঙলানগুম রাখনগী ঈপাক্তা নিকুপ খুদিংমক্কী ঈরাকনবা হৌরক্লে। থাউ য়াওদ্রবা থাউমৈগুম্না লেমহৌরিবা পুন্সিগীদমক খন্থজরুবদা অৱাবগী ঈথক ঈপোম্না মরোল মরোল তাম্নবা থম্মোইগী ঈপাক্তা হম্না হম্না য়ৈরক্লে। তশেংনমক সংসারসিদা লৈপাকলৈগীদমক ৱাবীগদবা অমদি পুন্সিবু কথোকচবা ভম্বা সুপাদি তাইবংপানসিদা কনাবু হিং লমখিগদগে বিজয় নত্তনা ?

# "ঙ্গাস্থবা"

চাবা-থকপা, অরাম-খোৌবাংবা হায়বসি মীওইবগী থগ্নাই হকচাংনা থম্মোই শোকনা ফুংঙাইরক্তবদি মিকুপ অমত্তস্থু চাবগী ঙ্গাখন্দা নাচুংবীরুবা, খস্থকুবা লৈতে। করিনা হায়ববু পুন্সিগী অহানবা অমস্থং অবোইবা ওইনা লৈপাকলৈগী নুংশি ঈবৈদা মনিং তম্না চেস্থজরকখিবা পুন্দা লম্মাখাংদা স্নজিংনা পলোন কয়া থিংখিবগুম্না থোক্লবা বীজয় ঙ্গা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা অচিকপা অহিংগী মতৌগুম্না মাইথোং লকাতু ইমক মকশিন্না চৎলি। বীজয়গী মমাম্নবা রাজেন অমস্থং থাবল্লেস্থু তুমিন তুমিন্না অপাম-নুংশিগী ঙ্গাখল চংলুবা লৈনখিদবে; লম্বোইবনা শমজেৎ কাওখিবগুম্না। মহৈ মহৈ মপোকঙৈগী থেংনখিদ্রিবা অমস্থং শকখঙনদ্রিবা মীওইশিংগুম্না ফাখরবা লৈ-পাকলৈগী নিংঙমদবা ঙ্গাখলসিং অহুনা তোব্বান্দগী মোংফমগুম্না মোং হাখিদরে। অকুৎপদা লৈতৌবা, অতোংবদা লৈথোনবা ঙসাই মথৈদি লমজাও-সরক্তা মীনা হিয়াং তান্নবা য়েংবা লাকনবগুম্না চৎনরম্বস্থু চাকচা-হৈজানবা মতম ওইরক্লবনিনা তাংজ লিনগুমনা থেকনা খোয়না লিশাং শিংনা শনথরিবা সরকস্থু মপু লৈত্রবা য়ুমগুমনা ইচিক-চিকনা উরক্লে। অহুমওইনমক শাংলবা খোংমন তুরেলগী" লমশাংদা মরিল ইন্না হায়

থরকপনিনা চনু নিঙোল খরদি চেংহি শম্বাল লাংহনা ঈরুজরমই। ঈরুজরম্বী চনু নিঙোলশিং অত্থনা থাবল্লেবু হন্না হন্না য়েংলহনা শোন্থাংননা ঙংনহৌবহু বীজয় অমস্থুং রাজেনদ্র ভাখিবগুম্না তৌই। 'মুপীশিবু, মশানা য়াদনা পুবীরক্লবাজাংলা ;......... মকোক্কা থুম্লদনা কপস্থু কপ্পগুম্না তৌইনে.........।" অস্থুম লেপ্তনা লম্বীগী মরিল ইন্না লাকপনা 'ওক্রম চিথেক" য়ৌরে। ঙসাই মখে মকোক-মরু থুম্লহনা শম্লাং ইফা-ফানা লাকচরিবী থাবল্লেনা মতা লৈপাকলৈগী পাওসি মমাদা করমনা তমলুগনি খনবদা অল্লাবতনা পলেপফম খংখিদরে। মপী তরং-তরং শিন্থরহনা মবুং শক্লবা বিজয়বু মমিৎ তথক-তথক য়েংজরগা হায়রক্লম্মী।

"তামো, নচলনা করমনা ইতা লৈপাকলৈগী পাওসিবু ঈমাখোযদা তমলুগদগে ? ঐদি শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফরবনি।" ব্রাহৈ খবসি হায়বা লোইবগা ইমুং-মনুং অমস্থুং লৈকাযগী মীওইশিংনা খংখিদনবা মমিৎ-মমাই তৈথোকতুনা নিংথিনা শেম-শাবা লোইরে। চিরবা মতম অত্থদা বীজয়না য়ামনা তপ্না থম্মোইশোকপগী হৌনবা মরাল লৈরবা অমদি পাংদবগী মতৌগুমন থাবল্লেদা হায়খিরমই। 'থাবল্লে নংনা খংলিবত্থনি.......ঐখোয় অনিগী থৌনা লৌশিংনা করমনা লৈপাকলৈবু মুলহৌবা ঙমগনি ? খোকখরবা থৌদোক অত্থগী-দমক মুংনাংলুরগনু ; অমুক হনবা য়াররোইবা মতমগী অনৌবা খোংথাং অমদা তিনখ্রবনি।

ইচলনা ৱাবীবগী ৱাবীবা লিনস্নু শিনবা, চৈশুস্নু তেক্তনবা ভমলুগদবা মঙায়রে ! ঐখোয়স্নু মফমসিদা অস্নুমক লৈহৌর-গেদো ঈবেম্মা। মতাং চারবা মতমদা অমুক উগ্নরসি, নং করি অমতা ৱারুগন্নুকো, লৈপাকলৈগীদমক্তা বীজয় হি লিবসিসি ……… । ”

থাবল্লেস্নু মরু লুকনা চমন্নরবা ৱাখলগা লোইননা খোংলৈ থুনা চৎখরে। বীজয় অমস্নুং রাজেনস্নু হায়ফম তৌফম-থংলক্লবা ৱাখন্না শম্মোইগুংদা মণ্ডল মণ্ডল খল্লহনা থাবল্লেনা চৎখিব্রা মুংশি লমদমবু য়েংলহনা লৈহৌই ; মখোয় অনিমক।

মমানা চৈরক্লগনি মীপায়জরবা থাবল্লে হরাও-তয়াম্বগী চেংলৌ-শক্তম উৎশিন্নরহনা ঈমুংদা চংশিনখরে। থাবল্লেগী মমা চাওবীনা মচান্নুপীনা হলকপগী শহুন ফংলহনা চাকশংদগী অশাও-পরৈ চন্না মাইথোংহ মহৌশাগা মান্নদবা মখৈ থোরক্লনা মচান্নুপীবু চৈবা হৌরকলমই। — “ ইচাদি লৈশাবা ফারক্লব-নিনা যুমদকা হলক্কনি কাওথোক্লবোই। অস্নুক থেংলবা ফাওবদ' চাগনি-থক্কনি খংলক্লবা চৎপু-চৎথোকখব্রদি ইমাখোয়গী খন-বীপোৎ নত্তে। অহুবুদি হয়েং মতম অমদা মমা হায়বহু ওইরক্লগা ইমাখোয়না “ঐখোয়বু” মুংশিবীবদো অস্নুকী মতিক মুংশিবীবোইরে খংলক্কদবা কুইরেদনা ……… । ওরাং নহান্দগী ওইথংবা পাম্বোম্না পানবোম চোংলিবা, ক্বাকনা ক্বাক লাকনা লাকনা খোংলিবা, ৱাখনসি ঙাইহাক্তা লৈতাহনদেদকো ঈবেম্মা। পীকলিঙৈদনা চাওহননিংলিবা, চাওরক্লবসিদদি অমুক্তা হেন্না

অৱাবা ওইরেনে ……। খরা ঙাংল-চৈরগনা তুমিন খুন্নক-লরোইদদনি।" মমাগী ৱাহৈশিং অতুদি থোইনবু খোইজংনা তারুবা লৈতি। থাবল্লেনা হিকনা হিকনা নিংজোল কাদা মখোল থোকনা কপ্পলকলিবদি লৈপাকলৈগীদমক্তনি। ৱাজরবী মমা চাওবীনা মচাগী মহৌশাগা ইমান-মান্নজদবা মওং মতৌ অতুদা মীপায়জরক্লত্তনা কয়ারক হংলকলমই। "ইমাগী ইবেম্মা থাবল, …… ইমাগী থাবল্লে নংবু কৈদৌরবগে ইবেম্মা! হায়যু নংবু নশাগা ঙমদবরা হায়বনি!" মমানা অম্বম্মা থম্মোই শোকনা হংলকপা অতুদা তন্নগে খন্না তনঙমদবা অকি-তুজুং পরৈনা কন্না কিজরম্বা মতা লৈপাকলৈগী কিশিত্থ থোক্কনা অমত্তা খাক্তনা তনজখরে। মচানুপাগী শেংলবা ৱাহৈশিং অতুনা থাবল্লে মমা চাওবীদি মচে কেতুকীগীদমক খল্লুবদা মচানুপাবু হান্নদগী শরুক চামা হেন্না অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিনবগুম, ৱাকচাংগী উন্না কুপ্পবা মালেমদা কোরেংগী মৈশানা য়ৈবক্তনা শেংদোবকপগুম্না তপথবা ঙমলক্তরে; অশাওবতনা লুতোন শাৎখরে।

পাবীবীবশি :— ঐখোয়নদি থাবল্লেগী মমা চাওবীত্থ শাওবা ফদা-ফখুবোই নিংলুবে। থাবল্লেম্মু মতা লৈপাকলৈগী পাওসি তারগা মমাম্ভ শাওবা খরা মখে ফগদরা খঞ্জরুই। অমরোমদনা মমানা লৈপাকলৈখোয়দা চংতুনা পাউসি তম্বীরুনবা হৌদোকচরুবনি। অত্থবু মচানুপীগী ৱাহৈশিংম্ভনা মুৎশি-মুৎশি তৌরুরবা লমজাওগী লাংমৈনা লেপ্পা লৈতবা অকনবা নোংলৈ

সুংশিংনা অমুক নৌনা চন্নকপদা লাও- খোংতুনা চাক্লকপগুম্না করিসু থংজদ্রবী মচানুপীবু চৈ-চৈদুনা ফুবীখরে। পন্থবা তৌদনা মচে কেতুকীখোয়দা পাও পুম্বা তমলুনবগীদমক মফি-মরোল হোংদোকলিন্তৈদা মপান্দগী লৈপাকলৈ মমানা কৌরক্লমই। মচেগী খোঞ্জেল তাবগা পন্থবা লৈতনা মপাল থোরক্তুনা তরাম তরামনা খুমজখিরমই; মহোৌশাগা মান্নদনা।

তাইবং পানবদা হিংলিবা থবাই পানবা খুদিংমক অয়াম্বনা নাইতোম তাবা. মতোম-মতোমতা হিংবা পাম্বা ওইরমদরে; অচৎপা খুদিংমক। চাং মান্ন-মান্নবা কাংলুপ মশেন মথৈনা ইকায়-হঙ্গোয়নদনা লৈত-লাইর খুৎশমন্নতুনা হিংমিন্নে। য়ামনা সুংঙায়-য়াইফবা, ঈনাক-কৈরাক থুনবা ইমুংদা লৈত-লাইরশিংনা কয়া তিন্ন- তোৎননিংদে। করিনা হায়ববু শা মরক্তগী মী-ওইবনা নোকনবা হায়বসি হেন্দোকনা চৎনরম্বনা তুংদা ওন্থোক খিবদা নোকনরমগদ্রা, তিম্ননিংঙমলোইদ্রা হায়বসি থংনবা ঙাক্তনিনা থোইনা লোনদিম্ননিংদে। তশেংনমক হায়রবদা লৈত-লাইরববু কনানা তিম্ননিংবগে? লৈত-লাইর হায়বসিদি কনা-কনাগুম্বা. কনাগুম্বীশিংনা লায়না পকপা মীওইগুমনা লোনরিবনি। তমথীরবা মীওই কয়ানা ঙসিগী সংসারসিদা এৗনা মহেল্লে চৎনরকপদগী অমনা অমবু উৎশিংনরকত্রে। অইংবা হায়বহু লৈনরক্তিবনি। কাওবীরগম্বু; নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মালেম তাইবংপালগী মীওইশিংনা অচাওরম কাবা

তাগ্গরকপদগী সংসারসে উৎকী মপৈ ওইনা তুম্নবম্ব কনানা থংগনি।

লৈ্ত-লাইর মশেন্নীনা মচে কেতুকীনা মহৌশাগুম্না মাঙ্গোলদা কাখৎলক্তুনা মনাও হুপীদা হংজরমই; — "ইবেম্মা চাওবী থাবল্লৈখোয়বু হলক্তিবরা? মখোয় অনিনা অম্মুক থেংলবা ফাওবসিবু কদায়দা লৈথোকলিবানা থংদেনে। অম্মুক থাদোকনদবসিনদি হয়েং ময়ুমকা পানখিবা থোক্লবদি ... ... ...।" চাওবী মচেগী ৱাহৈশিং অহু তাদবা য়াদবগী তাবা হায়বহু ওইরে। ঙাইহাক লকক তৌরম্বদগী মপী ইরা চেন্না লৈপাকলৈগী পাউহু অমত্তা চিংথদনা তমজ্রখরে। চাওবীনা মচা তানা হায়জবক্লমই; — "নচাহুপী থাবল্লৈবু ইখুৎসি পৈন্নবা ফুহনা চৈ থাংহুনা ৱারকচরল্লীবনি। করিনো ইচা লৈপাকলৈগীদমক হুপী ঐখোয়না তৌগদবসিবু।" কেতুকীনা মনাওহুপীগী ৱাহৈশিংহু তারগা কপ্না কপ্না "করিনোনে হায়রিবসিবু .........., ইচা হ্নাহলবু ফাখ্রবা .. ..। ঈমাগী হ্নাহল ঈমাদি মাংজরে দকো ... ..।" লৈপাকলৈ মমানা কপ্লীঙৈগী চরক অহুদা থাবল্লৈম্ব লৈবা য়ারক্তুহুনা মপাল থোরকলে। মশম-মনা ইকা ফারহুনা মমা কেতুকীবু কোল্লগা "ঈমা ঈখং-থংহৌদনা ইত্তা লৈপাকলৈহু শা-ষণ চিংবগুম্না তমথীরবা তাদ চাওবখোয়না ফাহুনা পুখরবনি, নচা ঐবুনা খুৎ-শা ফাজিল্লগা ইম্বুবীরম্লগা চৎখ্রবনিনে ... ...। "থাবল্লৈনা ৱাহৈ থরসি হায়না লৈপাকলৈ

মমাবু কোলম্বদগী থাদোক্নুনা শিন্নরকপিবা পাবাংশিংদু তৈথোক-চরদুনা অমুক হন্না মিংচান্নব্রিৈৈদা কেতুকীদি রান্নহ্নুনা তুখরে ।

করিগীম্ব রান্নরোইদৌবিবনো……… ? অপ্পানা চুপাং ওই হুমিদাংগীনা থাজগুম য়েংজরীবা মচান্নুপানা মফম মপাং থংদনা "হৈরাং-লৈবাংগুম" পং হেক থংতুনা চিনথিবগুম্না ফাখরবদা কেতুকীদম্ব নত্তে; কদম্বা মম্না মপানা তপথনা লৈবা ঙম-গদগে ? ফাথিবদি লাইরতুনা নোংম-ফাদোক হরাও-কুম্মে থোরকপা হুনিং অমাদা খক্তিতুং থেংনা হন্নকপা ফাওবদা লৈ-ঙমজব্রিবী মমাওইবীশিংনি । ঙসিগুমা পুন্সিগা লুববা, চিংবা খোংথাং অমদা মচান্নুপীবু ফাখবে হায়বগী পাউসি ভাবদা রান্নরোইদবগী মরম লৈতে ।

রান্নবা হায়বসি কপিম্ব লৈতে; কপিগুম্বা থৌদোক অমনা থংহৌদনা মীওইবগী থম্মোইদা থুক লাওবা অমনা কোক্তগী ভোনফাওবা থুক লাওনা লম্বাই শাংখরবা, ঈচেল লপথরবদি থংহৌবা নত্তে. করিগুম্বদা হেক্তো থোকই॥

মচে কেতুকীনা রান্নখিবা অত্নদা পাখংচরহ্নুনা থাবল্লে মমা মচানা লম্বাইদা ইশিংবু য়েবনে, কাখু কাম্বনে, হকচাংবু নোইবনে থংজবা থরনা লাইকন্নরমই । ভাইহাক লাকনরবা ফাওবদা ভাব তাবা ঙম্নকত্রহ্নুনা যুমথংনবগী মী-ওইশিংবু কৌহ্নুনা ফবতবু ফরবদি হায়হ্নুনা হেংনজবদগী

ভাব তারক্লহুনা কেতুকী তুরোই-ঙামলোই মচা শক্লবী শাবল্লৈদা ঙাথরহুনা ফম্লি। ময়ামস্তু লৈপাকলৈ মমানা য়াম্থরকপগী মরম হংনরকপদা থোকখিবা থৌদোক প্‌ম্বা লিবদগী খঙনখরে। কেতুকী তিলমইবা মীয়ামস্তু উরুবদা মতোমতা ইকায়-হুংশি য়াম্নখরে। মহৈ মহৈ হুংঙাইতবগী ঈথক-ঈপোম অমনা মখোয় মখোয়গী থম্মোয়হুংদা শন্দোকখিবগা লোইননা মফমহু থাদোক নখিরমই। কেতুকীস্তু হান্নগুম্না করিগুম্বা অমত্তা য়াখনগী লাইনা নত্তনা মশাদি চোকথবা লৈরক্তরে। মতম্না অস্তুম লেপ্তুনা নোংমগী পনথুং তানশিন্নকপনা কোরৌহনবগী মমিস্তু শুমাং ময়াইদা তারক্লে। মিৎলুদা পীরাং কংঙমদনা হিকনা হিকনা কপ্লহুনা কেতুকী মনাওহুপীগী ময়ুম থাদোকতুনা খোং-শানখরে।

লৈগী মনম হুংশিংনা পুহুনা মফম খুদিংদা তিনখিবগুম মীওইবগী অফ-ফত্ত. থৌদোক কয়াস্তু মী অমদগী অমদা পাও-জেনখিবনা লৈকায় কয়া পলানখরে। তেল্লবা মিকুপ কয়ানা অয়ুক-হুংথিল, গমিদাং তাইশিন্নখিহুনা নোংমা, নোংমদগী নিনি অস্তুম্না হুমিৎ থরা খংহৌদনা হৌখরে। চংনবীগী য়াংমা লান্না 'হায়দোকপা' লাক্তবনা কেতুকী অঙাওবীগুম্না কপ্পতনা লেনবা হৌরক্লে। মচাহুপীগী অশেংবা পাও অম' তাড্রিবা ফাওবা করি অমত্তা চা থক্লরোই হায়হুনা চপ লেপখরে। পীক্রিবা মচাহুপাস্তু হায়কম তোফম খংদনা মমাগী মওং-মতৌ অহুদা

মুংশুক-মুংজাননা মচি মচিদা তুম্পক-তুম্পক লেপ্লমই। কেত্তুকীগী মওং-মতৌদা য়ুমথংনবা অমদি লৈকায়গী মীওইশিংনা অব্রাবা শরুক য়াখিরমই। অসিগুম্বা অব্রা অনা তারবা মতমসিদা লৈ পাকলৈগীদমক কনাগুম্বী-কনাগুম্বা অমত্তনা তেংবাংবিরকখিদরে।

———

## "মচিন হংবা"

মোইরাংগী মনুংদা ইনাক খুনবা অমা ওইবদা নৎতনা কোইরেং হায়বসি ইম্ফাল সহরগী চৎনবী থমথেংনা থংবা লাইরিক লাইশু খরসু হৈহোবা মীওই অমনি। তশেংনমক কোইরেংখোয়গী অহল-লম্মন্না করিগুম্বা মরম অমদগী ইম্ফাল থাদোকতুনা মোইরাংদা থুল হোংখিবনি। মতোমতা মমা-মপানা পোকচরবম্ম মহাকথক্তদি মচানুপা মঙা পোকচহনা মীনা অমুক্তা হেন্না ইকায়-খুম্নবা থৎকন-পাঙ্গনবা ইমুং অমম্মু ওইরে। অত্তুবু সহরদগী লাপ্পা লৈবা হায়বসিমক্তবু চাবা-থকপা মমগীদমক্তদি য়াম্না মরাং কাইনা ফংই। অত্তুগা সহরদগী কা-হেন্না হাইথবা মীওইগী পুক্সিদা মহৌশাদগী মহৈ-মশিংগী

(লাইরিক তম্বা লমদদি থওইনা মচা-মগুশিংবু তমহন্নদে। করিনা হায়ববু মাগী মাগী লম অতুগী থবক ইনখাংগী লম্বীদা মায় ওনশিন্দুনা অতোপ্পদা মতম থক কাইথোকনদে। পুন্নমকসি হায় হায়তুনসু কনা কনাগুম্বা চাওখৎপগী মঙাল ফংলিক্লশিংগী 'মচা মনাও' কয়াদি ইম্ফালদা থমহুনা চাওখৎপগী খোংথাংদা মচাশিংগী তুংগী ফিভম শেন্নদবা নত্তে। অদুবু অয়াম্বদি ইম্ফাল সহরগী চৎনবী, খংঙমদনা পাখং ওইবা ফংখিদনা হনুখিবা ঙাক্তনি ? কোইরেংগী মচাসুপা অহুমদি মথং মথং মযুম পানখিহনা মহৈ মশিংদা মেত্রিক ফাওবা লোইখিদরে। মরিগুবা মচাসুপা শামুঙৌ,—মনাও গোপালদি পীশক পীক্লীহৈদগী ইম্ফালদা থমহনা মহৈ-মশিং নিংথিনা তমহলখরে। অপনবা লৈতনা মচিন মনাওদি মথং মথং পাস তৌহনা মীরৈবাক্তা লাইরিক তম্বা থাখরে। মযাম্বা শামুঙৌদি এম-এগী পরিক্ষা লোইর-হনা পোকনফম মোইরাংদা হল্লক্নুনা লৈরম্মী।

শামুঙৌখোয়গী য়ুম অদু মীতৈ য়ুমশানি, য়েংবদা অর্থ য়াম্না লৈবদা নত্তনা চন্না লু চেন্না ফজে। মরাকপুদি ময়ুংনা ঙম্বা গুমাং অতুগী ময়াইদা তুলসিপুং,— তুলসিপুং অতুগী মনাক্তা কা পাম্বী অমা হোই। কা মঙাগী মমাং সঙ্গোইনা তনাল তনাল করিসু থমদনা য়ুমগী মাইয়োকনবদা ফজরবা লৈতেং অমা ওইহল্লি। সঙ্গোইগী লৈমায় অদু মাঙ্গোলদগী হেন্না অঙকপা ফংনা নাল্লি; মদু কাঙ শান্নফম ওইবননি। সঙ্গোই অতুগী মমাংথংবা কল্লাংদা

খম্বনা কাও ফাবগী অয়েকপা লাই অমা অমস্থুং মথাথংবা শরুক্তনা লোক্তাক পাৎতা মতা শেন্থুগা থোইবীগা লোং খোনমিন্নবগী লাই অমস্থু থেৎলি। মথাথংবা ফক্লাংদনা থোইবীনা কুম্বী তেরাখাদগী লোই কারকপদা শগোল থৌহনা খম্বা মরাংম্নাইদা থোংদোই হুনলকপগী লাই অমস্থু থেৎলি। অৱাংথংবা ফক্লাংদনা খম্বগা নোংবানগা মুকনা শান্নবগী অয়েকপা অমস্থু থেৎলি। অয়েকপশিং অহু য়েংলুবদা হৌখ্ৰবা মোইরাংগী ইতিহাসপু নৌহৌননা হেক হেক নিংশিংহনবা, — খংহৌ-উহৌত্রবা শক্তমশিং অহুবু উরুরগা মখোয়-মখোয়গী থম্মোইদা ভাপনা শাবা শক্তম অমমম্না অশেংবা শক্তম তাক্লকপগুম্না তৌই। অৱাংথংবা সঙ্গোইদনা হিয়োঙ অনিনা মনিং থংবা শরুক্তা লৈ; অহুগা মমাং থংবদনা ষণ গাড়ী অমস্থুং ষণজ্বাও পোপা অমা লৈ। মথা থংবদনা কাহেন্না পীক্তবা কা অহুমগী লাইরিক শঙ অমনা লৈতেং ওইরি। মহু শামুঙৌ অমস্থুং গোপালগী লৈফমনি। শামুঙৌখোয়গী ইমুং-মহুংগী য়ুম্বাল-কৈপালবু উরগা নোংমতং চংলকপা মীওইশিংনা ফাওবা চাবা থকপা ৱাংতনা পাল্লমগনি হায়বসে তশেং তশেংনা থুংবা ঙমই।

অঙনবা অয়ুক্কী অচিকপহু মাংথিহনা পাথং লৈশাবী ফয়ানা প্রকৃতি কৌবী লাইরেম্বীগী মতেং পাংবা ওইনা নিলম্নাংবা হোৱক্লে! লৈকাইগী মবুং-মপেৌৱাশিংগা লোইনরহনা লৈশাবীশিংগা শামুঙৌখোয়দা চংনরক্লে। লৈশাবী থরনা

মবুংশিংগা ৱাতানবি। যাওশং লোইবা হুমিৎ ওইবনা থাবল চোংবা অতদা তৌগদবা মথৌ লোইথোক্লমলগা মহৈ মহৈ চৎনখরে।

মতম অতুমক্তি হু'থিল্লগী মযেক শেংলবা মঙালসু শামথুবা কোবৌহনবগী লংলবা শক্তম অতু মাংখিহনা কোরিগী পুথম মপাককুম, — ঙা'লবা কফোই অমুনবগী মচুগুম্না উহনলক্কুনা সংবাঃববা অতিযাগী নোংচুপ থ'বা মাইকৈদা তনিক-তনিক ঙানলি। লমজাও সবক্তা যাওশং লোইবা হুমিৎ ওইবনা পাখ' লৈশাবী কয়া কযাসু হুংশি-হুংওনগী ৱাবী কযা শাবচনা চৎমিন্নবি। মাইকৈ মবিদা মাইকী খোঞ্জেল তাবা ফংই। অতু-গুম্বা মতম অতুদা গাডা অমা থৌজিল্লকপগী মখোলসু তাবা ফংই। ইথা থাজদবা মমাঙবশিংনা লাকপা অতুদা হবাও তয়াম্না ওকলমম্মী।

অতুগা শামুঙৌনা হাযবম্মী, — "ঙসিদি নচল্লসিংগী থাবল চোংবসু যে'খিবা ওইনা অহিং লেকখেদনা ?' শামুঙৌগী চম্নবা ৱাহে অতুনা ঈকুজনিংবগা থোঙ্গা তেকপগা হায়বতু থোক্লতুনা, নোকখি নোকখিবা মমান্নবা অতুনা, — "ঐখোয়বুদি ঙসিদা নত্তে পুন্সিচুপ্পা লৈরুবসি হায়হনা লাক্লবনি। গাড়ীদা য়াওরক্লীবা অনৌবী অসিবু নখোয়দা হুমিৎ খরনিদং থৈরুরগে হায়তনা লাকপনি; অতুবু 'ঈমা-পাজি'খোয়না য়াবীগদ্রানে ?"

শামুঙৌনা থাজদ্রহনা হংলম্মী, —" অওইবরনে মরূপ

ব্লাহৈসি হায়বগা লোইননা গাড়ী মনাক্তা চংশিন্দুনা য়েংলুবদা অনৌবীদা নত্তনা মীরৈবাক্তা মতম কুইনা তৎনা-থান্দনা তিন্নজরক্লবা মাগী মরুপ স্নায়াইমস্থু য়াওরমলে। ময়াম অহু মাগী কাদা চংনবগীদমক্তা হায়জরম্মী। মরি মরি লৈপাকলৈনা তুং ইথং-থংলহুনা লানফমদগী মশানা য়াদনা ফারক্লবী, বন্দি ওই রগদবী চহুরা অমগুম্না মকোক খুমলহুনা ইকায়-ইকিগী খোংথংনা চংলকপহু উরগা লৈরমলিবা হুপীমচাশিংনা য়েংগদবগী ইন্নরকলম্মী! শামুভৌনা চৈবদগী মাগী কা অহু অতোপ্পা কনা অমতস্থু চংনিংলবস্থু থওইনখিদরে। থৌদোক অত্তগী ব্লারী পুক্নমক ঙসাই অহানবমক্তদা শামুভৌগা ব্লা ঙাংনখিবা চাওবা হায়বহুনা লিথোক্লম্মী। শামুভৌগী থম্মোইদা পেন্দবা খরদি ফাওখিরম্মী। অত্তম ওইনমক হোৎখ্রবা থৌদোকনিনা ফোংদোকলূবগী কান্নদরে।

মতম্না কনাবু ঙাইবিরমদবনা হুমিৎনা তাখিবগা মীনা অঙকপা ফংনা তিল্লরে। চরাংনরবা মফম ওইহুনস্থু, চৎথোক্তবা মথৈ হুমিদাং অহুদা পুরক্লিবা হুপী অহুগী মমিং, লৈফমনচিংবা হৎহুনা অতোপ্পা ব্লারী কয়াস্থু শামিন্নরে। থাবল চোংবস্থু লোইখিহুনা মফম অহু মথৌ পাংথোকপীদ্রবা, মী তিন্দ্রবা সহরগী মতৌগুম্না উন-ব্লাইমুক চিকখরে। অহিং তুমদবমথৈ লৈপাকলৈ কনা হুংঙাইরবা ইমুং-মহুং ওইহুনস্থু পোন্দা ফাহুনা য়োক্লবী চেক্লাগুম্না চাদ-থক্তনা হিকনা হিকনা কপতুনা লেনখরে। মাগী থম্মোইদা ময়ুনগী মনা মপোৎক্লা থম্মোইগী [illegible] তেম্না নকনবা মরি

লৈনবা বীজয় কয়াবু নিংশিং নিংশিং নোংঙালখরে।

কপ্পতনা মিৎস্না লকাছু তঙাংনা উই; লৈখোক্ত কনথৎ-পীরবী লৈরাংগুম্না, অমদি হেক্তুৎতুনা মীথুৎ চল্লবী লৈরাংগুম্না উরক্লবা লৈপাকলৈগী মাইথোং অতু মহোশা হায়বদি লৈশারি-ঙৈগী তগৎ তগৎ তেকনা উবা শুমহৎনবগী ফজরবা পুম্বা খোইশাওনবগী মমিনা খনখিবগুম্না তোই। অঙনবা অয়ুক অতুদা হুপী অমা ওইবগী মথৌ পাংথোকলুরে; তুলশিপুংনচিংবা ম্নাইতৈবা লোইথোকলে। স্নাযাইমগী মমান্নবা চাওবাখোযনা ইম্ফাল কাখবে। হুমিদাংম্নাই পাউ অমমুক চাওবনা তম্নরে। মতুদি লৈপাকলৈগী পূকনিংগী অপাম্বা খংন্নবগাদমক্তা মচিন হংগনি হাযত্নুনা হুমিৎ অতুমক্তদা লেপনবনি, অতুবু মশানা য়াজদবী ওইবনা স্নায়াইমখোয ঙমখৈ লৈতনা চিংনরম্মী। মখল মখা অয়াম্বা হুংশি ম্নাহৈনা থেম-নোম্নুনা লৈপাকলৈগী মফমদা হায়ক্লে। লৈপাকলৈদি করিগুম্বা অমতা খুম্বা লৈতে, করিগুম্বা অমতসু চা থকতে। মশা অতু ঙমখৈ লৈতনা ময়েং তাখরে। পুক থম্না চাহুনা হিংনরিবা মীওইবনা ম্নাখল হুংঙাইবক্তু বদি চানা চানা ময়েং তারিবনি। ঐখোযগী লৈপাকলৈদি ম্নাখলদসু নত্তনা চিঙ্গাক ফাওবা হেল্লবনি। অসিনি মাগা থম্মোই, পাঙ্গল শোনবা কয়াগী মথৌনা অঙকপনি। অদুগী মথকতা মিৎকুপ অমা ফাওবা লৈনিংদ্রবা, উনিংদ্রবা মীশক অদুগী মনাক্তা হুমিৎ থরনি লাংদা থুরবা শক্তিগুম্না থাংবদা অসিনি হায়ফম খংদন শারবা হুংশাগা মাইয়োকনবগুমখরে।

মচিন হংগনবা নোংমা ৱাংলি। হযেংদি পুরগনি হায়নবা মুমিৎ অতুগী মুংথিলদা শাতুঙৌনা লৈপাকলৈগী মতৌ য়েংবা ঙম্লক্ত তুনা হংলম্মী। “লৈপাকলৈ নহাকনা তৌরিবসিবু করি-না

ঈবেম্মা? অশুক কুইরবসি চাদ-থক্তনা লেনবসিবু ঐখোযগী ইমুংগী চফু-উয়ানবু হঙ্গোইতুনা তৌরিববা? ঐর্দি নংগীদমক্তা ঙমখৈ লৈতনা মুংঙাইজদে।”

তপ্লবা মালংবগী শহুম্না খজিক্তং থেংলবদা অহিংগী লিক্লা পক্লবা লৈবাংনা খজিক্তং লেংবগুম্না তবা-তবাববা মচিন্ব লদগী শুমহৎনিংঙাঈ ওইববা যাৱাতনা হাযবক্লম্মী। —“ঐগীদমক্তা ইবুংগুম্না বানীনবা অমতা লৈজদে। ঐর্দি শিখিবনা শরুক চামা হেন্না ফরবনি। শাগুম্লদা মাগীদমক্তা হিংতুনা পুন্সি অসি লেনগদবগী শরুকপূর্দি শীখিবনা হেন্না ফরবনি। ঐগী অনিংবা ইথৌদাং পাংথোকনবগীদমক্তা চরা হেন্দুনা ঐগী থৱাইবু পেল-হঞ্জবতনি. করিস্নু হঙ্গোযবা লৈজদে।”

ৱাহৈ খবসি হায়রম্লগা লৈপাকলৈ ফমুংদগী মমিৎ তন্দল পাইরহুনা ওন্থরক্লম্মী। থংনবা কাদগী স্নায়াইমাথোয়ম্নু চেন-শিনক্তূনা হৌগৎপীরম্মী। শামুঙৌথোয়গী মতৈমা, মমা, মপা-থোয়স্নু চংশিনলক্তূনা ৱাতানরে। লৈপাকলৈগী মশা থক-থক নিকই; মশা ফোং-ফোং শাই। করিগুম্বদা হুমাং ঙমখৈ

লৈতনা শোই। অনকপদা লৈবা মাইবা অমা কৌরুহনা য়েংহনলে। ফিভম কায়রবা চবা ৫/৬ চারক্তবগী পৎথরবা শিবা মানা উরকপা অতুদা করিগুম্বা লৈখিদবা থোকলবদি হায়বগী পাখৎনরক্তুনা থিনবগীদমক্তা লৈপাকলৈবু গাডী অমদা হাপকৎখরে। শামুঙগী মপা মমানা মচা শকনা লৈপাকলৈবু মমদা শিন্নবীবে। মচাগী রাখলদা অঙাংবীগুন্না কপ্পুনা লেবগ্গী কেতুকী মচাবু উবদা ভমখৈ লৈতনা হরাওজখি। মথংগী নাংঙানবদা লৈপাকলৈগী মচিন হংবদা মশানা য়াদবগী হৌনবা স্নাযাইমগাদমক্তা লেপ্পীখিদরে, ইকুই কুইদনা লৈপ কলৈবু চাবা য়াওবা মীওই খুদিংমক জেলদা থমখি।

— :(O): —

# হৌখ্রবা পুন্সিগী লামায়

লেপ্পা নাইদ্রবা মতমগী ঈচেল-ঈবৈনা
পৃথখিত্থনা তমথীববা মতমগী ঈপাক্তা
পুন্সিবু অরা-হুংঙাযবতনা ঈরাকনহল্লিবা ।
নিংশিংলূবদা হৌখ্রবা ইপুন্সিগী ইতিহাস
ঙাল্লরি মেরা থাগী থানিনগুম্না;
থুদোংথীবনা থল্লবা সংসারসিদা মীওইবনা
শেম্নরি পুন্সিবু লৈগী দোলাইগুম্না ।
অত্থুমওইনমক হুংশিবা নহাক্না থূংনদ্রবদা
ইপুন্সিসে কাখ্খা-থাংগুম্না মাংহৌরগনিদো ।

তারমদাইগী মেংলবা কোরৌহনবগী মঙালনা লেংলিপা ললিবা পোৎ থুদিংমকপু তগৎ-তগৎ তেকনা উহনল্লক্লে । মতম অহৃদদি ঙাঙাম্নরবা নোংজাবীগী পারবা মরোল কয়ানা সনা অহিংবগী ঈথক পবেংগুম্না নোংচুপ থংবা অতিয়াদা লৈতেং-লক্লে । শারবা হুংশানা পৎথরুরবা লেংলিপালিবা পুম্নমক লিরি হুম্বা মালংবনা নাওথেম ঈশৈ শকপগুম্না ঙা-থেংবদা তেকথৎলকপা অমস্তং ঙাঙান্নরবগী মচুনা অনৌবা ফিজোল হোংবগুম্না য়াম্না ফজথোইনা উরক্লে । লমলক্তা চাক্তারুবা

পোম্বী-চেক্লা কয়াম্ন মপুগী কোলোই শক্লহুনা মহুম মাঙৈকৈ পাংলকলে। শিনবা থুংনা চবুন-চবুন শাংলিবা কুরাও পাম্বীদা নাইতোম তারবা চেক্লা অমনা হৌখ্রবা মপুন্সিবু নিংশিং নিং-শিং শৈথারি। কাওরেন ষনবী-ষনাও কয়াম্ন খুনগী লম্বী থিরকলে। লৈত-লাইর শিনশুরম্বা কয়াম্ন খুৎথানরক্লে। খুঙ্গং চহু কয়াগী ফৌশু-খুলং ঈশ অমদি ফিশাখোলনা অনৌবা তাম্থা কয়া হাপকৎলক্লুনা য়াচংববু অমুক্না হেন্না খুৎলাম তোইনা কৌজরি। কোরৌনা হুংথিলগী ফম্বাকথক্তগী হায়থখিবনা নিম মচুগুন্না লিশাং শিংনা শনখিবা মুরবা চংশাংগী মরুমদা নোংমগী পন্থুং তানলমদাইগা হৌনবা তানিং-তামাং, লুপলি-লুপলি তৌরক্ললহুনা মপুং ফানা উরক্তরে। অমম-অঙান শিন্নরমদাইগী শন্দোরকলিবা মঙাল অহুনা নোংপোক চীংদোল খরদদি সনাগী লুহুপকুন্না উরকলে।

ফজথোইরবা মপুগী খুৎশেম লৈকোন্নুংসিদা ঙসাই মখৈ খাগী লৈহাওগী মখোংদা মমায় নোংপোক ওল্লহুনা ঈকোন পুখিং মপান্দা খুউ লৈতানা ফম্লহুনা ঙৌরবা চেপাংথক্তা করি-গুম্বা খরা নংহৌরোইদবগী মতাগুন্না ইবা লাকনরি। মহাক্না থম্মোই লকান্নুংদা হৌখ্রবা পুন্সিগী লমায় কয়াবু ফাকৎলুহুনা তপথদবা মখৈ ঙা-থেংলরে হুংশিবগী ঈথক কয়ানা থম্মোইগী তোবর্বান্দা। ইথং-থংহৌদনা তুংলোমদগী মতমগী য়াওন্দা খম থেংলবা কনাগুম্বা অমনা লমফাংনদ্রিবা মাগী রাখনবু লমাং-

মহল্লগে মতাগুম্না খোংকাপ শিৎলল তপ্না মোং-হাদনা যুমলৈ-মনা ফৌশুখোংদা শেন্দ্রাং লাকলমদাইগুম্না চংশিনখ্রগা 'সি' ······ হাযত্নুনা লকনরমই। ওসাইদগী পুথি মপান্দা লেপ্তুনা ইরিবা মুপা অত্ত খংপ্রেক খংলগনা তুংলোমদা খংযেং য়েংখোক্লগা যান্না তপনা "কদায় চৎলুইগদানো য়াচঙবসিদা ········ পাখংনিনা মনম মহানা অমুক ত ইবা ···· উম !" অস্সুন্না হায়রগা মনাতোন মেল্লগা খোঙ্গায় চল্লহ্নুনা ফমখরে। লাক্লিবা মমান্নবা অহ্নস্সু ফমথরহুনা ইরমলিবা খরহু পায়গা বোইহু মথক-মখা ওন্না যেংলমই। নোক্লহ্নুনা "নাকেনথাগী গুলাপলৈ" য়ান্না ফজগদবা নুংশি-নুংওনগী ব্বারী মাল্লিকো। ইবীয়ু ইবীয়ু, মীতৈ লৈবাকসি লাইরিক ইবা তাংই হায়জরিবা ··· । ব্বারেং শৈরেংদা শিংথান্নরমলিবা কবি চাওবা হিজম অঙাহল, ডাঃ কমলখোয অসিস্সু বেঙ্গোলি, সংকৃতনচিংবগী ব্বাহৈ ব্বাতা কয়ামস্তু য়ানশিনবীরমহ্নুনা অমদি মওং মতৌ মীগী অত্থতা তম্নরম্বগুম্ন পাকৎবদা থেংনজৈ হায়জরিবা ····। ইবিবা তারবদি অশেংবা ঈমালোনগী খোইথুন্নরবা, ফজংখোইববা ব্বাহৈ ব্বাতানা লৈতেংহনবিবা অহ্নুনা মহুংগী ঈচেলস্সু মীতৈগী ওইনা চেল-হনবীয়ুকো।" মমান্নবগী ব্বাহৈশিং অহু তাহুনা লৈবা ওমল-ক্তুহুনা হায়রকলমই; — "মরুপতি ওইরোইদোবসিদা য়ান্না খস্থবীরুরব্রা ···, অহাংবা মতমসিদা অস্নুম খোংপদনি।' মমান্নবা অহ্নুনা "কৈ হোৎনবীয়ু, শোয়খিবদগী ফাওখিবা

কয়াম্‌ য়াওদবা নত্তে। তমহ্নবু হৈরকপা য়াওগ্রবরা ··? মীগী লাইরিক পাবা, তম্বনদি মীতৈলোনম্ থক চাওখৎপা য়ারোই মরুপ, অহুনা য়ারগদি অইবা অমবু ওইবীরোদা ! কয়াদা ফজগ্রবা 'নাকেলথাগী গুণাপলৈ" অঃকপনি ! কনা-নবু ইনশিলক্তুনা থোল্লীবা ······!!" বোই কলমহ্ পায়খৎ-লহুনা মখা তারকলমই। "লাইনিংবগী রাখনম্ থুগায়জখরে। লম্বোইবা কুইরক্লবনিনা হবাও কুম্মেগা লোইনমক কাওখ্রবোই ? হুমিৎ চুপ্পগী হুংশুক-হুংজাহুনা অরেম্বদা মতম মাংহনবিরিবা করিগীনো ? থংলে, থংলে ঐনা ইকায়খংদবগী হোনবা মীগী মথৌদা থুগায়বগুম থোকখরে।" অহুম্না রাহৈ খরসি য়াম্না হুংঙায়জদনা অওনবা শকফম অমদা হায়রমলগা হোগৎখরে। খোংথাং অহুম-মন্নী থাংহুনা চৎপা হৌখ্রবদা ফমলিবা মমান্নবা অহুনা খোংলৈ থুনা খুদাং পায়রহুনা চিংশিনলকলম্মী। অহগা রারোখরে থংলবা মমান্নবা অহুদা হাংজরমই; "মরুপ্পা হেক লাকপগা প্রমান পান্থে তৌহুনা পঙাংদা ঙাংলবা অহুদা হুংঙাইমনগ্রহুনা ঐনা ভুমিন লৈবতনি। ঐস্থ নংগী অনিংবহ্ উই, চৎলোই হায়বদি হায়খিদেনা ······। সে. ঙাইহাক্তা ক্ষমথিসি কৈদৌবগে ······ ?"

মমান্নবগী পুকচেল থোবা ওইনা শাওশিন্নরিবা পাখং অহু-না চান্নগুম মাইথোং লকাদি ওন্দবা মথৈ তপথবা তৌদনা হায়রক্লমই। "মরুপ, মীওইনা পোক্লবদি থুদোংথিবা হায়বসি

তুংইন্নহনতা লৈবনি কাওবীগনু। মীপুম খুদিংমক্কী থুংলগদবা ঙাক্তনি ; নংতগীদা পীবা ফমম্সু নত্তে। ঐখোয়দি কায়নবা য়ামন্দনা অন্নাবা হায়বত্থু খংলক্তরে। হুপানবু অত্থুক থম্মোই শোল্লবদি ……।" খজিক-খজিক্তগী লকন-লকনহনা মমান্ন-সিনা ৱাহৈ করাম চাওনা হায়রকপা অত্থুদা ইকায়-হুংশি য়াম্মনা পাওখুমলকই। "মরুপ. খুদোংথিবা হাযবসিনা য়াম্না শাথিনা অহানবা খোংথাং অমদা খুদি থিহনা শোক্লবদি চৈনাখোল অত্থু থক কাওবা ঙম্মদে মীপাইবনা। লিম্না চিক্তিবা মীনা লিনগী মহু খংবা হৌনদে; হুংশিববু মিৎকুপকি ওইবা শান্নপোৎলা ? মোল্লি-মোল্লি ষন অতেবনা ৱাইবা শরু ফংই তেখুল-নাপুলনা চিক্লবদি ঈমা কৌবা নংদে হায়নবত্থ মমান্নবা অত্থুদা থোকখরে। লাকলিবা মমান্নবা অত্থুনা নোকনিংবা অমদি লকননিংবনা পুন্নপ তিলক্লহনা মতোমতা থৱাই তানা নোকচরগা "ঐখোযদি লিননা চিকপদা নত্তে. হুই অঙাওবনা ফাওবা চিকখরপোৎনি; করিস্থু তৌবীদে। পাখৎত্রগা কিন্নগা লোইরে। পুন্নমক মী মীগী মতুংইন্না লাইপকচহৌবনি।" মমান্নবগী ৱাহৈ খরসি তারুবদগী বোই কলমত্থু পায়খৎলহন থারিবা কমশা মতেক অত্থু কন্দ-থোক্লহনা ভুংথা-মাংথা চংমিন্নখরে।

ঙসাই মথক্তা অসৈবা শারহনা ফম্নমবা হুপা অহনা লৈপাক-লৈগা হুংশিনজখিবা বীজয়নি অত্থুগা মতোমতা লাক্তুনা বীজয়বু

লকনররিবা মমান্নবা অতূনা রাজেন্নী। মরুপ অনিমক হকচাং তোঙাঞ্জরবস্থু থরাইদি অমত্তা ওইনা তিন্নজবা মীওইনি

যাওশং মতুং অমনি কোনবগী থাজনা নোংমাইজিং চৌংগী মরুমদগী তনিক তনিক মরায় চায়থনা থোরক্লে। মেংলবা থাজগী মঙালনা মন্নস্বা পুম্বা অম্পুম অম্পুম হোইদোকখিহনা মপুং ফানা ঙ'লকলে। বীজয় অমস্থুং রাজেন মতম অহুদা থোঙ্গাল পোবকপদা মঙাযরি। নাক-য়েৎ অমস্থুং অরাপ্পদগী তারকপা থাবল চোংবগী খোঞ্জেলতনা ঙসাইদগী অমুক্কা হেন্না নিলকলে। লেপ্তুনা রারী শার-শারতুনা লাকপনা থাবল্লেখোয়গী থাবল চো'ফম লমপাক য়োরে। ঙাল্লবা মৈঙাল, বেলগী খোঞ্জেল, লৈরমলিবা মীয়াম অতদা বীজয়দি ইকায়রহুনা মীগী মকুমদা লৈশিন্দুনা য়েংঙমদনা লৈরি। থাবল্লে, মালিকাগী মরক্তা রাজেনস্থু চংশিন্দুনা য়াওখবে। বীজযদি করিগুম্বা রাথন অসগী ঈচেলনা তপথদ্রবা হৌখ্রবগী মুংশি শক্তম অহুতবু নিংশিংজহুনা মঙলানগুম লেনলি। লৈপাকলৈনা লৈমন চনথ্রবস্থু থম্মোইলকাহুংদা ফুগায়না শাংখিবা লৈরাং অহুগী লৈনমতনা মীনা খংবী ইবীদ্রবা য়েন্নীংথাগী নাম্মীবনা হুমলক্তুনা ওৎলবি তপথদ্রবা রাখলগী পোৎলূম অমনা বোকথক্তা থোলবগুম্না। মিৎ কুপ্তুবা মখৈ য়েংজৈ লৈনা লক্তা লৈমন চল্লবীনি হাযহুনা অপোম্বা, শাংকায়রকইবা লৈবাংশিংগা মতারোয় ওইবা য়াদরে খন্দুনা লোংখিদ্রবরা? করন্নদি নোকনবীবনা থল্লবা

ইকায় থিগনবী মীতৈ লিচৎ ঙাকনা চৎচবী নহাক্রুম্বী অমনদি থাবল চোংবা অমম্নুং অপাম-ন্নুংশিগী লম্বীদা খোংদারুগনি।

হরাও তয়াম্বনা থল্লবা রাজেনগী মাইথোং লকাদি পাল্লবা ঈপাককুম ঈথকনা জগোই শাবগুম্না থাবল্লেগা ন্নুংশি ঈপাক্তা তিন্নুনবর্থীদমক লেপ্পা লৈতনা তাওথরি। অমরোমদনা বীজয়দি থম্না থক্কী লাইজগুম্না তনিক-তনিক হাংলবা অতিয়াদা নাইতোম পাইবা চেক্লাগুম, শদানবনা ফাথ্‌বা শজি অমোমনা কাইনা মৈচাক পীরম্নবা মপাং কায়নরবা শজিগুম থাংজরি। কয়াদনো চাংদম্নবা তারবদি মখোয় অন্নিগী পুন্সিগী ইচেন্দা লমফংনরিবা, অমম্বগা অঙানবগা পাংখক ওইখরে। অতুম ওইনমক বীজয়ন রাজেন-গীদমক পুন্সিগী ওইবা থাহৈ কয়ামরুম্না থাবল্লেদা অরেপ্পা ন্নুমিৎ অমতং লৈরাংগুম্না লৈশাং তম্ননবা য়াম্না চেকশিন্না পাও-মেম্নরমলগা থোরক্লমই। ন্নুংশিবা হায়বসিমক্তবু হিয়াং তাম্নব-গুম্না খোংবান চেনবা, অমনা অমগী তেংবাংনহুনা ন্নুংশিজরিবা শাবী শানৌগী নকনবা মীওইশিংনা পম্হংগীনমক থাপাংনবা হায়বসিনা অচেৎপম্নু পুরক্তবা নত্তে। মিকুপ থরগী তুংদা থাবল চোংবা লোইরহুনা মফমম্নু উন-থাইমুক চিকথরে।

লম্বী চৎনা চৎনা রাজেন্না বীজোয়দা থারী কয়ামরুম শাবা হোই। বীজয় মরু লুকনা অহুমক চৎলি। বাজেন্না অরোইবা মংগী অশেংবা পাওথুম অমতংদি ঐনা পামজে। পুম্নমকসি

নংনা করি থল্লিবা ? য়াহং অমা হংবা হায়বসি লৈখোক্তগী লৈ অমা হেকক্তংপগুম্বনি ; অদুগা পাউথুম অমা পীবা হায়বসি ভরাই-ভরাইবা নত্তে। লৈ অদুনা পোম্লকপা' শাংলকপগী মতম চংখিবা অহুঙুম্না খম্বরগা খুম্না তাই ; য়াম্না লুবা য়াহং ওইবনা। রাজেন্না হংলিবা য়াহং অদুগী পাওথুম বিজয়না মিকুপ অমদা হায়দোকলুবা তারবদি পুন্সিগী খোংথাং কয়া মাংখিবা নৎত্রগা ফখিবা ওইগদৌরিবনি। মখোয় অনিগী অশম্বা য়ারীহু পাবীরিবশিংনা মরিক চুম্ন' হুমিদাং অহুদা তুং-ইন্দুনা তাবীরম্লবদি মমা অমনা মচাগীদমক্তা থজবা অমম্বু' তুংশিজবা' ... ... ... নংশিবা অমনা তুংশিবা অসগীমক পুন্সিবু ঈয়াইদা তাওবা কোঙ্গোলগুম্না থজবকখিবা পুম্বা তাবী-রমগদবনি। হুমিদাং অদুগী লেংলি-পাচিবা পুম্বনা বিজয় অমম্বং য়াজেনগী য়াহৈ কয়ামরুম্বু ত'নিংলহুনা শোৎ-প্রেক লাওবত্তরে।

বিজয়না য়াম্না থম্মোইশোকনা রাজেন্দা হায়রক্লমই। "য়াজেন ঐগী পুন্সিদা সংস'রগী অপাম-তুংশিগী তুংতাহররবা শরুক লোইথরে হায়বা য়'রবনি। ঐনা থাংলিবা খোংথাংসে চৎনবিগী য়াংমা লানবা নত্তে। হুপা ওইবগী য়াশক ভাক-চবতনি। মালেমসিদা মীতে হুপানা হুপী ওইবীবু শাম্লপোৎকুম্না থনদে তুংশিবদি অমথক্তনি হায়বসে ময়েক শেংনা উৎচনিংঙনা হিংজরিবনি। নং-ঐ পীশক পীক্লিভৈদগী তিম্নজরকপা ইমান্নবা নৎত্রা ? ঐনা হায়খিবা য়াদা করম্বা অওনবা য়াওথরবগে।

ঐগী পুন্সিদি লৈপাকলৈগীদমক্তনি কাওরব্রা ? ঈমা পাজিখোয়দা ঐগীদমক্তনি হায়দুনা কনাগুম্বা অনগী য়াখল তৌবীরুরগন্থু হায়দুনা নংনা ফম্লবা ... ।" অম্সুন্না বিজয়গা রাজেনগা য়ারী থরা শারদুনা লাকখিন্নবনা কায়নরক্লে। চিক্লবা মতম অদুদা করিগুম্বা অমত্তা থোশারুদনা লৈপাকলৈগী হুংশি ঈপাক্তা কুমদুনা হেখ্ৰবা পুন্সিগী লানায় কয়া ফাকৎতুনা ময়ুমদা চংখিরমই।

অদুম ওইনমক মীথুং চল্লুরবী মৌগীশিংদা চল্লবা লৈপাকলৈ বু খল্লগন্থু হায়বদি বিজয়গা হায়বা ইন্দ্রবা থম্মোইনা য়াবা কৌবা লৈখিদরে। অহিং-ইচিক হুল্লক্লবা মীচিক মীরাওখোল তারক্ত্রবা মতমদা অহোইননা লৈপাকলৈগী হুংশি চৈনাখোলতনা তপথবা ঙম্লক্তরে। পুম্নমক খন্থ-খন্থরুরগা পুকনিংগী অরুম্বা অমসু হান্নদগী হাপকংলকপগুম্না তৌই; হুংশিবগা পীক্লবা লংলা অমথকনা পুন্সিগী তৎলরোইদবা পরেং অমগুম্না লেংখিবনা। লাইনা অসিমক বিজয়দা থুংলব্রা ? নত্তে, কায়নখরবা কয়া কয়াগী মফমদসু অসিগুম্লবা তপথদ্রবা ঈচেল-ঈরৈনা লাকঙম ফাঙদনা ঙা-থেংলরিবনি। হুংশিবদি মৈ-ঈশিংনা চামদুনা কোকহনবা ঙম্বা নত্তে। হুংশিনরিবা মী-মীথুগী থম্মোইলকাহুংদা লেংদনা অদুমক লৈহৌই ; মতমগী য়াওন্দসু হোংবা লৈতনা।

# লম্বী ৱারি

ফাই:বস থাগী নিনি পানব' থাজনা তনিক-তনিক উ·ৱ'গী মকুম থূপ্না ভাহ্নোইবি। মুশি-মুশিববা মঙান অহুনা পোৎ অমগা অমগা শকথ'ম্নবগী পাঙ্গলদি অহুমক পাঁরক্ললমই। পাক্লবা ঈপাক্তা থঙ্গাল-থ.বা' কযানা ল:ইজগী লৈতেং ওইহনা শাৎকাইবকপগুম্না থোৱাম্মিচাক কযামরুমস্থু সংবাম্নরবা অতিয় গী মকোযপুং'দা ভাম্মোইবক্লমহ। কু:ফেৎ-কাফেৎ নাপলগা লোইননা থোক্লম্বা অ'তযাগা মমিৎ লিশিং কয়াহু লৈচিন-নোংফাই থরনা কুপশিনবা লাকনরি। মতম অহুদদি নাই.তাম থোকপা থাজস্থু মপুং ফাদ্রি কিজবনা নোংচুপ চীংগী মরুমদা হায়থখরে। লি-রিহ্ম্বা মালংবনা লৈচিন নোংফাইশিং অহুবু হুমদোকপা লাকনরি। থৱাম্মিচাক্কী মরক্তগী কয়া অমনা মাতল শিৎথরক্লে অমম্বগা লাইরেম্বীবু করেম্নরহুনা থৱাই পানবশিংগীদমক্তা। থা তাক্ত-থরবশু ল'ল-লংলবা থৱাম্মিচাকশিং অহুগী মঙালনা মীশক্তিং অহুমক থংহন্দবা নওে।

কা হেন্না থেংখিদ্রি। তালকনি, লমজাও-সরক্তা মা থরদি অতমক লৎপা লৈতনা চৎলি। শিংজমৈ কৈথেলদগী লৈতাদনা মযুমগাদমক থল্লহুনা কেতুকী ক্ষেত্রিলৈকায়গী তোবর্বান্দা লম্বীদা কুম্নক্লম্মী। পোবিয়া পণ্ডিত লৈকায যৌরক্লবদা অহল ওইরবীদুবু থংলহুনা যাম্না হরাও-তয়াম্না কৌজরমই। "অবোকশু

কৈথেল কাবীরুবরা ?" অস্থুমনা মবোক লৈনৌদা হংজরমই। মবোক লৈনৌনা মকোক্তা পুরিবা সাইরুক্ত থাঙৎচরগনা "ঈবেম্মা কেতুকী নংস্থ কৈথেল কারুবরা ? অবোকস্থ হরাই থরাক, ফদিগোম্নচিংবা থর য়োল্লুরিবনি। হুংগায়রেদকো ইগু-হুপীগা থোংবু ওইমিন্নবসিদি...... নংনা করি য়োল্লুরিবা ?" কেতুকীস্থ মবোক লৈনৌ ওইরম্বা অহুদা হরাওজরমই। হরাও-হরাওনা থুমজরমই ; — "নগুনূপীনা শাবা ফি মতেক থরা য়োঙরুবনি। হন্দকী থাসিমদি য়াওশং ময়া ওইহুনস্থ ফিগা শিংথিদরে অবোক।" হনূরক্লবী মবোক অহুনা ইফিং-ফিংনা য়াম্না নূংঙায়জদনা "ইগুনূপীগী ব্লাথোক অহুনা লোইশিন্ন-গ্রবরা ? করম ভৌগ্রবগে ঈবেম্মা ?" ব্লাহৈ থরসি মবোকনা হংলকপা অহুদা কেতুকী মাংলমচংকী চৌথরবা থোদোক কয়াবু অমুক নোহোম্না নিংশিংলকপা অদুনা নিংঙমদা মৈচাকনা ওমচাকনরক্লহুনা কেতুকী য়াম্না তপ্না হায়থিরম'। "অবোক করিবু কাম্নগদগে ভমলুবগী ... ...। মীরোল লৈজদবা লুথ্রানা য়ুম পানবসিদি মীনা উশিং-থওইবীবা নত্তেদা। ব্লা অমতং ঙাং বগীস্থ শেল, হৌজিকী মতমসিদবু চুম্নবস্থ—লাম্নবস্থ ঈনাক-থুনবনা চুম্বা হায়বসি তঙাই ফত্রবা চংনবিনি অংবোক। ব্লাথোক অহুগী মরমদদি ঐথোয়না অদুমক ঙম্বা তাবনি। অদুবুনে অবোক শেলদা ভোংবা ব্লায়েনশংনিনা নূমিৎ থরনিদা থাদোকপিথি থল্লুবদনে অবোক ঙসি ফাওবদা থম্মোংদা থুৎতুমনা গুদূনা থাংলকইবনি।"

কপনিং—কপনিংনা কেতুকীনা হায়রকপা বাহৈশিং অহু তারগা চৎমিন্নরিবী হন্থরবী মবোক অঙনা পেন্দবা কয়ামরুম ফোংদোক-পা হৌরক্লে।

হে জিক কালগী নহারোলশিংসিদি মচোমপাকনা মচোমপাক নাইদ্রিবা, মখোয়না হুপী ওইবাশিংবু হৈ অমা লৈ অমা পৎ হেক থৎলগা চিনবগুম্না খল্লিনে। কুবেরগী মচান্থপা অহম মীরৈবাক্তা লাইরিক তনন্থরবনি হায়দুনা মীগা উশিংখিদ্রবা মমা মপানদি কাও থাবগুম্না থাদোক্লবনিনা লমচৎ ব্যবহারস্থু থংপোৎ নত্তে। মহৈনা পাক চাওরবা সমুদ্রগুম্না পাক-শন্না হৈজবনস্থ. মকনা স্না কৈথেলগুম্না পৈজরবস্থ মীওইবগী লমচৎ-নবু ফৎত্রবদি অরেম্বনি পূন্নমক অরেম্বনি; হাওরবা সঙ্গোম্না বিনথা ওনখিবগুম্বনি। থক্তা থোকপা হুমিৎ থা. শেম্বা মপূ লৈরিদনা… ……। য়াইরিপোক থম্বালন্থগী মহাকথক্তা পোনাম সিং সেলুংবা লাইর মোহোনসিংনা য়াইবী থরাই লোখিদো…। অচম-অঙম্বা হায়বন্থনি, তিংখং অমনা য়ুরবদি তিংখং অমনা হনবা হায়বসি শোইদ্রবনি। অচাওরম কারুবগী কান্নবা লৈতে মীওইবা হায়বসে; থুবাক থুনমদনি কাওগন্থ। মখোয়গুম্বগী মওং মতৌ উরগা ইচা ইশুগা পুম্বা লাইরিক্তা তমহননিংদ্রবনি। মীতৈ লৈবাকসি পুমওন ওন্নরক্লবনি কেতুকি ফিজেৎ-চাকচা, হরাও কুম্মৈ লমগী যননা মচি শাংই হায়নবগুম মীগী অহুতা পান্নরিবসিনা নোংমদি কাকনা বাহোং শাবগুম্না অরাফম তার-

গদৌরিবনি। মহৌশাদি হাও নাইনা য়ু থকনরমই, হৌজিক্তৌ মীতৈনা শিল্লেদনা ...... মসিবু চাওখৎলকইবনি হায়ন: লৌনখরে। ইবোকনা হায়নিকো নচানুপা অমখক য়াওজরিবহু লমচৎতা ফজহল্লু লাইনা য়াৎপা খয়াৎপু চরাহেন্দুনা শিবা হৌনদে। ঐখোয়দি হনু-মাল্লে কারক্লে শীব ভাইহনা পাল্লিবনি, নখোয়দি নহানি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি নচাগী মপাল চাহুনা মুংভাই য়াইফরকপশু কনানা থংগবা! শুবা নোম্ববু লেপত্রবদি ঐখোয় লৈকায়গী তোম্বা মীতৈ লৈবাক্তা শিংথানরকলিবসিনি। ঐখোয়না লাকপা কুইত্রিভৈদা মচানুপা অহুমসিগা চাইরেলদা হীডিঙ্গা ললোনবা চৎপদা তুমফম-চাফম থংলমপোৎ নত্তে। ভসিদি মুংভাইবনা অন্নাবা কাওই হায়হনা হৌরকফম থক নিং-শিংনখিদরে হায়বা। কনা কনাগুম্বনা হায়নরিবনি মখোয়না তৌজবা সারিবসিবু হী চিংবগী থৌরি মমিবু কোকচরবরা...; হ'নরিবনি। নংবদা লৈকায়সিদা মখোয় নত্তনা লৈরমত্রবা,... ভসিনা মুংভাই-য়াইফবদা, মচা—মগু ধারকপদা শিংথানরকলে। ইগুসিদি নাদ য়েক্তুগা লোইরে, করি অমত্তা ধারুগনু মী হায়বসে হেক শিবা য়াবা নত্তেকো। চংহৌরো চংহৌরো নংগৌদি নয়ুম য়ৌরেদো......। কেতুকী মবোক্নী মরিক চুন্নবা ধাহৈ খরহু ভারুবদগী থম্মোইম্নু থরা চাওখৎচরমই। য়াম্না তপ্পা কেতুকীনা লৈহৌনবগ'দমক হায়জরমই।

লৈপাকলৈ মমা কেতুকী ময়ুমদা চংলকলে। মচানুপী-গীদমক থল্লবা খুদিংমক্তা অয়াবনা পোৎথাক্ম থংলক্তবগী লাইনা

অননা থম্মোইলকানুংদা মহুম চাওনা শারকলে। নোংমতন্দু মোমোন মীনোক তমজরকত্রবী কেতুকী ঙসিদি মিকুপ অমদা খংহৌদনা মুরবা নোংগীলক্তগী থাজনা ঙানলকপগুম লৈপাকলৈ মমাগী শক্তমন্থু অনৌবা ফিজোলনা লৈতেংলকলে। মমাগী অতুগুম্লবা মতম কুইনদগী উজবা ফংলক্তরবা মাইথোং লকাছু উরুবদগী লৈপাকলৈ অমস্থুং মপৌম্না ইঙেনজাওনা মমানা লৈজরকপা ঙমোক ( অথুম-অহাও ) তু হরাও তযাম্না চাখিরমই। মমা মচা মখোয় অহুমক হুমিদাং অতুগী চাকলেনগীদমক শেম শাখরে।

# য়ুমমৈ চাকপা

শারবা কালেনগী হুংশালক্তা খাংবদা ৱারবা থৱাই পানবা খুদিংমকনা উরুম-ৱরূাম থিনরকলে। লংলবা কোরৌহনবনা সংসারগী কোকথক্তা চপ য়ুংনা ঙাল্লি। উ-ৱা খুদিংমকস্থু হুংশিং শিংলকক্তবনা লোন্থোক্তবা মীওইগুম্না করি অমত্তা লেংখিদরে। পোম্বী চেক্লা কয়াস্থু চাক্তারম্বদগী শামনখিবনা মনা

পুংলবা উরুমদা কায়দোংখরে। পুখ্রি খোংবান কয়া লৈক্রক চৎপা মখৈ থাংলি কুমগী নোংহৌবু ঙাইজদুনা। লৈনুংদা লৈবা ভাংজ লিন কয়াসু ওমচাকনরদুনা মপাল থোরকনবে। ঙসাই মখৈ শিনগুরম্বা তাইবং মীওই কযাসু মফমচাবা য়েংহুনা অম্বা-পোৎথানরকলে। অম্বা-অনাগী সুংশিৎনা থুপ্লবা থম্মোইগী কাচিন্দা য়ৈরকত্রিবা লৈত-লাইরগী রাথনসু মপুং ফাদ্রিবা অপাম সুংশিগী ঈথকনসু থম্মোইগী তোব্বান্দা অরেপ্পা ওইনা লৈরকত্রিবা নহারোল থরনা শারবা মতম অহুদা মেগাজিন পাব-পারবা খুদৈ, ফি মতেক থারহুনা চাওরবা হৈনৌ মখোং অমদা হিপু হিপনে ফমবু কম্বনে পোৎথামিন্নরি।

চোরবা নোংগী মপেগুন্না মৈরি থোকনা মৈথুগী মপেনা মরোল মরোল সংবান্নরবা অতিযা পকনা পাইখৎলকলমই। ঙসাই মখৈ চপ লেপলুববা সুংশিৎসু শাহুম কন্না শিংপা হৌ মকলে। হৈনৌ মখোংদা হিপলিবা নহারোলশিং অহুগী মরক্তগী ভুমদবা মখৈ হায়স্কুলগী মেগাজিন পারিবা অঙাং ইওই ওই-রিবা অঙাহলনা মৈথু অমসুং মৈরি অদু উরকলহুনা লাওবা হোৌরকলমই। "লৈকায়, লৈকায় য়ুমমৈ চাকলে, য়ুমমৈ চাকলে হায়হুনা কয়ারক লাওরগা ভুল্লিবশিং অহুবু হোৌদোকলমই। ভুমলম্বা নহারোলশিং অহু পাখৎপা যাওনখবে। মহৈ মহৈ হায়নবা লৈতনা চেনশিন্নরকলে। মীয়াম অহুনা কনা কম্না কম্নবা হোৎনজবহু ইনা কুপ্পা রায়ুম ওইওনা অরেমবা ওইরকলে।

মমৈথংদা মীয়ামগী পাঙ্গল-লোশিংনা য়ুমলোন অনিদগী ঈশিং শোক্লদুনা অঙম্বা মথে হৈবদগী মুংলকপগুম্না ভোখরে। মীয়াম অদুগী মরক্তগী পাখং অমনা য়ুম অতদা কাখ্রগা মৈথু থুরিবা মফমশিং অদু ঈশিং হৈবা লেপ্তুরি। কয়া অমনা ইমুংগী পোৎ-চৈনচিংবা হোম্দোকপা লাকনরি। লৈপাকলৈ মচিল-মপোল্লা হিকনা-হিকনা কপ্লদুনা মৈনা চাকখ্রবা ময়ূম অদুতবু হল্লা হল্লা য়েংজরগা মমাবু নিংশিংলকখিরমই। পোৎ য়োনবা চংখিব্রা মমা কেতুকী কপ্পা কপ্পা অচাওবীগী মতৌগুম্না চেনশিল্লক্তুনা ওনথোইনা কপ্লরে। মপুরোইবা নৌনা কায়-নখ্রবা পুন্সিগী অহানবা তাংকন্দা থম্মোইগী নৌরবা ময়োল লংখ্রবা হকচাংগী ঈচেলদা অকায়বা লৈরবী কেতুকী ময়ুম অতুগী খল্লুবদা রাহৈ খরসি হায়রম্নগা রাম্থখরে। "ঐদি মাংজরেদকো ......।" মহৈ মহৈ য়ুমগী রাখল খল্লুবা লৈতনা লৈপাকলৈ মমাগী লাইকম্নবদা অমুক য়োমশিনখরে। জ্ঞান খর-খর তারক্লদুনা কেতুকী ফরক্লে। লাক্লম্বা মীওই অয়াম্বনা চাক্লিবা য়ুম অদুগী মরমদা অংকপনা থল্লবা লাইনা থাব-গুম্বগী মওংদা খন্না নৈনরদুনা হনখিরমই। কৈরোন-লৈকায় ওইবদা নত্তনা থাইদগী থম্মোইগা মরি নকন্নরবা মরি-মতা খরদি ইমুংগী অকুপ-অতা লোইশিনবা লেপ্তুরি।

ঙসাই মথৈ পাখৎপোই-কিবোই লাংতকননা রাজরম্বা থরাই হকচাং পুন্নমক মিকুপ অমত্তং মিৎচানরুবদগী ইকায়

ঙুংশিগী নিংঙম্লক্তবা পোৎলুম অমনা তনৌরবী লৈপাকলৈগী থম্মোইগী মরিদা কাহেন্না য়াম্বরকপগুম্না তৌথরে। থংনবা মিকুপ অতুদদি জুবাকুসুমগী মনা পুংলবা মরুমদা লৈশিনখরে। মুরবা মমিৎ অনি অতুনা তথক-তথক থিংঙমদ্রবা অপাম ঙুংশি অরাবগী মমি তারতুনা তঙাং-তঙাংলবা থোৎনৌরবা মচিনবান অতুদা রা ঙাংথোকপগী চিংনজবা উৎলম্লগা ফুগায়না শাৎলবা লৈয়াম্না লৈতেংলবা উরীগুম্না নহা ওইবনা লৈতেং-লিবা মাইথোং লকাদা মৌ ওইজরবস্থ ঙুংনাংবগী মঙালগা লোইনরহুনা তহা-তহাবা মাগী লেমজনিংঙাই ওইরবা থোং থাং অতুদা মমি তারতুনা থম্মোই হুবমথৈ য়েংলম্লগা লৈ-শিনখিবদো বিজয়গী থম্মোইলকাঙুংদদি রামৈ চাকপগুম্না ওম-চাকনরক্লে। থাবুং পূর্ণিমাগী অহিং অমদা লুপাগী মহি চেনবগুম্লবা থাবলগী ঈপোমলক্তা মপান নাইদ্রবা থম্মোইগী ঈপাক্তগী হৌরকপা ঈথক্কী ঈপোম অমনা লাক্তুনা বিজয়গী থম্মোইবু চামথোক্লম্বগুম ফোংদোকপা ঙমজদ্রবা অনৌবা রাথল অমনা মপুং ফাহল্লমহুনা থম্মোইঙুংদা কিশি কিরম্বহ্ মতম অমগী শাবী শানৌ নত্তুনা তাইবং কনানা থংবীগনি?

ঙসাই মথৈ য়ুমথক কাহুনা অমদি ইমুং-মঙুংগী পোৎ চৈ লোইশিল্লম্বশিংগী মঙুংদা বিজয় অমশুং রাজেন য়াওরি। অঙম্বা মথৈ ভেংবাংলবগী তুংদা ঙুমিৎনা তারকপগা লোই-ননা ময়ুম-ময়ুমদা হল্লনবগীদমক্তা শেম শারে। লৈপাকলৈ,

মমা কেতুকী কপ্পা কপ্পা ৱাহৈ কয়ামরুমনা তৌবীমল থংবা উৎচরমই। বিজয়না ইঙেনজাও অমসুং লৈপাকলৈবু, য়ামনা চমনা থৱাই হকচাংগুমনা মথং-মথং কৌরহনা অরেপ্পা সুংশি লোম্দাবিননিংবগী মাইথোং উৎলম্লগা থোরম্মই। মতম কুইনা তাজবা ফংলুদ্রবা সুংশি মাগী য়াৱা খোঞ্জেল অহনা লৈপাক-লৈগী কংলুরবা থম্মোইগী ঈপাক্তা ঈপাল থাগী ঈচেলনা থলহলবগুমনা ঈমায় চোলক্তুনা হৌখ্‌বা ঈচেলবু শরুক চামা হেন্না নিংশিংহলকখিরমই।

কেতুকী মমা-মচাখোয়গী পুন্সি নোংমা-নোংমগী খুদোংথীবা অৱাবতনা মশরুক ওইরক্লে। লু কোকপা কুমদা লেন তাবগুমনা অমদি কোইনিংনা (তিল মখল অমা) চৎল চৎলগা তুংহনব-গুমনা গুবা-নোম্বনা ইমুং মনুংগী পুৎথবনা হেল্লক্লে। পোকপদগী অৱাবা শংবাই সুংঙাইবা লাইতংগুমনা লেঞ্জরক্লবী কেতুকী কুইরবগী তুংসিদা থাখনগী ল ইনানে মশা ঙমজদবগী অনাবনে পুম্না থুংলরহনা নোংমা-নোংমগী মপাঙ্গল শোনজিল্লক্লে। সংসার অসিদা সনা-লুপা, নিংথিজরবা ফিজেৎ-লৈতেং অমদি পুক থন্না চাহনা হকচাং তিঞ্জং-কায়জংনা হিংহনা তাইবংপালসিদা হিংগদবগী শরুকপুদি য়ুম-কৈ লৈত্রবসু উতাংবীগুমনা হকচাং কনা চরা নাম্মা-নাম্মতা চাহনা হিংবনা সুংঙায় য়াইফবা হায়রবহ ওইগদবনি ইচাশা। ঈমাগীদি অরাংবনি, নচিন-নপোৱা তেক্তা কায়দনা হিংহোবা শুজ-নোমজবা অসিতনি ঈমানা, কলকচল্লিবা।

অম্নমন: ব্লারক-ব্লাতেমজত্থনা কেতুকী হি'লি হায়বতা মঙায়রে—মচাশিংগী মতেং পাংবা ঙমখিদরে।

# মীহাৎপা

ইম্ফাল সহরগী নিলখোংবদি লাইরত্থনা থব্লাই পানবা অমত্তগী খোঞ্জেল তাবা ফংলক্তরে। থাশিরমদাইগী অহিংনি। উ-ব্লা কয়ানা সরক্কী—নাকল নাকলদা লৈথ্রি। খোংমন ত্থুরেলম্থ লিশাং শিংনা কবোকংনা শিনবা থুংনা লৈখি্। চাং মান্নবা শাৎপগী হৌনবা অঙৌবা লৈ পরে'না তিংত্থনা থম্বগুম্না য়েংব-ব্লা অত্থমক ফজে। মম্লবা অহিং ওইবনা সংবান্নরবা অতিয়াম্থ ইমক মকশিনথরে। লংল-লংলবা মশিং থিঙমত্রবা হুমিৎ-থাদগী হেন্না চাওথ্রবা থৌব্লান্মিচাক কয়াম্না অমদি গ্রহ কয়ানা লৈতেংলিবনি অত্থবু মখোয় কয়াগী মঙালনা তাইবংবু ঙালহনবা ঙমখিদরে। অসি-গুম্লবা মম্লবা অহিং কয়ামরুমদা মকোই-মরাং চোম্বা মীওই অমদি লমন শিংনিংবগী মৈরিনা চাক্লবা থম্মোইবু মুৎথৎচনিং-বনা ঈথৌলাংনা ঙাইজবদা অকিবা মফম লৈখিদরে। কিবা হায়বসি মী মীত্থগী মতুং ইন্না থরম্থ খায়দোকপা য়াই। ভুট, তম্লাইনচিংবা খুদিংমক থরা কিবা মীওইতনা মথেংনগল্লি। লাইপাৎ হায়না থংনবা ওক্রম চিথেক্কী অব্লাংদা লৈবা মফমসি লাইফমনি হায়না শিংথানরি।

মফম অহুদা অচৌবা খোংনাং পান্বী অমা হৌই মফম অংমক্তদা লাইঙৌ মরু কোকপা অমনা শাংলবা থাংশাং অমা পায়রছুনা হেক-হেক থোকই হায়বসি থুলগী অহলশিংনা ঝারীনবীছুনা — নহাওইবশিংদা তম্বী তকপীরমই । মসিদা নত্তুনা মীতৈগী লমদা থাংজগী সরোই খাংবদস্থ মফমসিদা থৌরমসি পাংথোকলিবনি । করি করিগুম্বা নোংথি নোংমং বা হুমিংতনা *লাইপাংকী অরাংথংবা ইম্ফাল তুরেলগা শন্নরিবা খোংলমসিগী মপাদা অহিং নোংশোইবা মৈ হৌছুনা হেক-হেক থোকইস্থ হায়নরিবনি । অওইবমক হায়নবদা নত্তুনা ওকনরবা কয়া নাবা-শিবা য়াওনথরবনি । মফমসিদা ঙসাইদগী ঙৌরবা ফিজোলতনা লৈতেংলছুনা মথুৎ চাবা থাংশাং অমা পায়রছুনা খোংনাংখোংদা লুমছুনা লৈরি ।

থেংলবা অহিং অহুদা হুপা অনিখকস্থ য়াম্না নিংতম্না লাইপাং তম্না হায়থরকলমই । তৌবদি মখোয়নি তঙায় ফদনা ময়ুমদা হলকপগী কিদবা শারছুনা লাকচর্বা ন । চিন্নবা অহিং অহুদা কনা লৈতংর থম্না অরোনবা ঝারী কয়া শারছুনা মখোয় মখোয়গী থম্মোইদা হুংঙাইজবগী ঈথক ঈপোম্না শরা শনখিরমই । অহানবা হুপাছুনা খাকনা-খাকনা নোক্লগা "মরুপ । ঐনা খুদোংচারবা মতম অহুদা খোই — মহুমদা মৈ-থাবগুম মখোয়গী য়ুম মৈ থারম্বনি ঙায়বা ! মসিগী মতুংদা খদোং চাবা ফংবা হুমিং অমদা হুপীমচা অহুগী খাইদগী নকনবা হুংশিনজবা

ঙুপাহুম্‌ ফারগা হিংনা-হিংনা মউল খোক্লগা হাৎতোক্দবনি থাজবিয়ু। লমদমসিদা এনা ঙম্নোইদবা করি লৈবগে ?" অনিশুবা ঙু'পা অহুনা 'অচুম্বমকনি, হায়রিবা মীহাৎ অহুম-ক্তনা মাতৈ লৈবাকসিদা শরা শম্না তাহলহৌহুনা য়ারৌনহনগ-দবনি।" মখোয়, অনিগী মরিক চুম্লবা খোইদৌ শিক্লব য়াশিং অহু তারুবদগী তপথবা ঙম্নক্তরে খোংনাংখোংগী মরুম-লুগী হেন্দোকখরগনি মতাগুম সবক ময়াই নাকোয়ননা ঙুপা অনি অহুগী মমাংদা চপ লেপলমই। লাইঙৌ হায়বহু ওই-রমালে হায়হুনা ঙুপা অনিদ্‌, কোক্তগী তোন ফাওবা খাই লাওদনা কোনশিনমিন্নরগা চপ লেপ্তুনা মমিৎ কুপ্তবা মখে য়েংলমই। ফোংদোকনদবা মখে মখোয় মখোয়গী থম্মোইদা খঙখি

"ঈপা ঈপুনা হায়নবা লাইঙৌ হায়বহু ঙসিদি ওকনরেদনা ...... ...।" ফিঙৌ শেৎপা :- (থাংশাং অহু মরেংবান্দা হাইগৎলহুনা-খোঞ্জেল দুম্না হায়রকই ঙাঈখো ঙুপা অনিমক খোংফম অমতং লেংবদা নখোয় অনিগী পুন্সিহু মৈরানবী-গুম্না ঈখৌলাংলবা থাংশাং অসিগী ময়াদা লানগদৌরিননি ! অহানবা ঙুপা :- লাইপাৎ কোনবা লাইঙৌ তোল্লবা ননাই ঐখোয় অনিতদি কনবিরমউগবা ! (থক-থক নিক্লহুন হায়জরমই)

* লাইপাৎ লাইপৎ ) হায়বসি খোংমন তুরেল লোইকম ওইরিবা হৌজিকনা লম্পাক শেমলিবা মফমসিনি। ওক্রম চিথেক্তগী য়াশিখোং ফাওবদি লমদমসিগী মীওইশিংনা ফুলজিন্দুনা লম্বী শেমথরে।

ফিভোশেৎপা :– ঐদি ঈপা ঈপুনা হায়নবা লাইভো অহু নত্তে। নখোয়শুম্বা মীওংনি, মরমসিনা পাংজদবদগী ঈথুত্তা থাংশাং পায়রিবসিনি থাজো। ভসিদি থেংলবা অহিংসিদা ঐবু হাৎ ত্রীতৈংদা নংবু হাল্লা হাৎলম্লগা মুংশিগী লমন শীংবা তারী। অনিঙবা মুপা :- ' ঐখোয় অনিবু হাৎপা ………, থৌনা ফবা নহাকপু কনানো ! ঐখোয় অনিগী থল্লাইতদি কনবীয়ু '। ফিভোশেৎপা :– (থাকনা থাকনা নোক্লগা অনিশুবা মুপ অহুগী থম্মোইমুংদা থাংশাং অহুনা থুম্না থিংজিল্লগা থোং- পাকনা কাউরগা হায়রক্লমই)।

"হা-হা-হা –! নশাবু নশানা লাং থাকচহুনা ভসিদি অরোই য়াহিপ তানবা তারোদা……। খংউ, তিম্মং অমনা য়ুরবদি তিম্মং অমনা হনবা তাবনি। মীবু মাংননবা শিনবা নহাকনা হান্না পুন্সি ঈথম্নরেদো…… ।"

চৈনাখোল খাংবদা রাৱবা অশোকপা মুপাহু সরকী য়াংবী থক্তা হাইথহুনা য়াম্নুরবা লফু পাম্বীশুমনা তরমই। লাক- মিন্নরিবা মমান্নবা অহুনা মমান্নবা অহুবু কল্লুবগী রাখনদি লাইরহুনা লাও—খোংহুনা চেনখিবদা রাথল চোইরহনা ওক্রম ফংৎক্কী পুত্রী অচৌবদা জম লাওনা তাথরে। ফিমুশেৎপা মুপা অহুনা থাংশাং অহু পায়নগা পম্বা তৌদনা তান্নরক- লমই। হন্দক্কী মুপা অদু চেম্নবগী পাঙ্গলমু অরেম্বা ওইরে। ওসাই মথৈ ভাংবা শকপদা য়াম্না থৌনা ফরম্বদো মিকুপ থম্নগী তুংদদি মপু লৈত্রবা হুইশুম্না চেনবা হৌরক্লে। খোইদা

থুরবা 'লেমলৈ ঙাগুম্না অমদি মপুনা ফারবা হুরানবগুম্না মাখ'ল ইফাই ফাইরক্না "ঐগী থম্বাইতদি কনবীয়ু হে লাই ফিঙৌ শেংশা ... ... ... !"

তুরোই-ঙামলোয় কাখৎনবা হোৎনজরম্বা মুপাহ্ন চিংখৎ-পীরে অত্তগা মশম অদু মখুৎ ওইনা চেজেং পায়রগা ঈতৈর-বা থাংশাং অত্তুনা মখুৎ য়েৎনা পায়রক্না থম্মোয়শোকনা হায়বা হোরকলমই। " মপু লৈত্রবা হুই নংগী খুজিন থোৌরাংনা তগৎ-তগৎ তেকনা লৈশাং তমজরক্লিবী গুলাপকী লৈয়োম্দা তমখিরবা মালংবা ওইদুনা তিন তাহনখিবা অত্তুগীদমক্তা থল্ল-রবদি থম্বাইগা হকচাংগা খায়দোকনবা য়ারবনি অত্তুবু নথৌ নমঙম কয়ামরুম লৈরি। মতমচুপ্পদা মসিমদি কাওগনু—নহাকনা ঐবু মীহাৎপনি হায়দুনা হেক পাওথোরকপা মুমিৎ অত্তুদা নংমু ঙায়োক চফুদা থম্বা লেমলৈ ঙাগুম্না ...... ...।

নংনা য়াম্না বাবক্লবা মতমদা ঐবু তত্তনা চিংশিংঊ। মতম অত্তুদা ঐনা নংবু কনবিহুনা অবাবা পুম্বা কোকপীগ দবনি থংলবরা শা ! বাশকড. কনবিগে ... ... ... পুন্সিচুপ্পা হায়দোকচরোই হায়না।"

" খাংজেং লাইনা সাখি ওইরসনু. পুন্সিচুপ্পা হায়দোকচরোই হে লাইঙৌ!" ঈশিংদা তারম্বদুনা অন্নুম্না হায়জরমই।

মমাংমক্তদা হাৎখিবা মীহাৎ অত্তুতবু উত্তুনতা লৈখিবনা থাংশাং পায়বা মুপা অত্তুনা হায়রিবা পুম্বা য়াথরে। মীহাৎ-

পা তুপা অতু ওক্রম চিথেক্কী মমাংলোমদা লৈথ্রিবা উচেকোন তাবা লঙ্কাংগী লম্বীদা পম্ববা তৌদনা চৎথ্রে। অঙকপা ফংনা কিজরবা ঈশিংদম্ম তারুরবা তুপা অতুনা মম মবা অতুগী হবচাং পায়তুনা কয়ারক কৌই। অতুমওইনমক থরাই য়াওরমদ্রবা হকচাং ওইবনা থুম্লবখিদরে। নংশিং-নীংশিংলুরগা পাখৎলতুনা লাউবা হৌরক্লমই লৈকায় লৈবায় মী হাৎলে, মী হাৎলে ···। অম্মুম্মা লাউরম্লগা তুপাত্ত চেনখ্রে।

নীংশিংবীদ্রবরা ·· ? থেংলবা অহিং কয়াদা মীৎশেন্স খাঙ-তুনা যেক্লবশিংবু কুপশেন শেন্নজরিবা ঘিঙৌ শেংপা মীহাৎপা অসি অকৈ কনাম্ম নত্তে; লৈপাক্লেগীদমক্ত হিংজরিবা বিজয হাযবত্তনি। অদুগা ঈশিংদা তাতুনা লৈরম্বদগী বিজনা চিংখৎপিতুনা মথায় কনবীরম্বা তুপা অতুনা থা কযাগী মমাঙদা নোংমা "লৈমনচনগ্রবী" হায়বতুগী মতাংদা লৈপাক্লেবু ফাতুনা পৃথিবদা মথৌনা-মরৌশিং পুথোক্তুনা লমজিংখিবা চাওবা হায়বত্তনি। বিজযনা অহানবা থেংনবদা থাঙনা থিনখিবা তুপা অতুনা এম, এ, লোইবনা লৈপাক্লেবু ফারগা তুমীৎ খরনি মঙলানগুম্মা লোয়ং জবম্বা স্নাযাইমনি।

## "মরুপ-মপাং"

( সঙ্গ )

থরায পানবশিংগী মহুংদা মীৎইবগী মপোক হায়বসিনা খ্বাই-দগী থাক রাংবা লাইগী ঙমথং ওইরিবনি। অপোকপা ( চীংঙু শিদবা ) মক্লা চহী কয়া অমা মীওইনা পোকচগে হায়তুনা তেমশিং-জবদা ফংঙমখিদ্রবা মপোক্লী হায়নরিবনি। সংসারগী অক্লা তুংভাই

কয়াগী মহাও খণ্ডবা থরায় পানবশিংগী মন্নুংদা মীওইবনা ফম্বাল তোংলিব। নিংথৌরেলনি। অসিগুম্নবা মমল নাইত্রবা, ফংঙমদ্রবা মপোকসিদা পোকচরবা মীওইবশিংনা মখোয় মখোয়গী পুন্সিগী ইতিহাসপু শেমজবদা লমায় খুদীংমক্কী অমুবা কালি তৈশিনবা লাক্লরি। কনা-কনাগুম্বশিংনা পুন্সিবু লুরবা ঈয়ায়দা শাংপী লৈনম চাওবী থম্বালগুম্না তাইবঙ ঈপাকথকসিদা মিংচংকী উরোং থিল্লম্লগা অফবা লমচং, মরুপ-মপাং ( সঙ্গ ) কয়া তৌতুনা লমজীংজবা লাক্লরি। পুম্নমক অরেম্বনি, মীওইবগীদি মরুপ-মপাংনা মমল নাইত্রবা ঈচেল.ন ; পাক্লবা ঈপাক্তা ৎিল্লুনবগীদমক্তা। হায়বদি অফবা লৌবুক্তা অফম। ফৌপালগা তিন্নহল্লবদি কয়াদা চরোং চুমগবা …। অমরোমদনা মীওইবগী মরুপ-মপাংনা লৈকোল শেম্বনি লৈরাংগী, লৈশাং তমজবদা ফুগায়না শাংনবগীদমক্তা। য়োংনা উগা তিন্নবদগী য়োংসু ঈশিংদা তাওবা ঙমই। তমথিরবা শাশিংনা মাংশোং ( জঙ্গল ) কয়াগী মপাল তাংতুনা পুন্সি নুংশাংনা হিংনরি। সনানা নুংথংগা সঙ্গ ওইরুবদগী ফজ-ফজরবা শক্তম চোংথোরক্তুনা লাইগী ঙমথং ওইরিবা মীওইবগী হকচাংদা লৈতেংবা ঙম্লিবনি। কয়াদনো সঙ্গগী মতেংনা লৈখা তাতুনা অতুম্মক কাঙ্খ থাঙগুম্না মাঙলম্নগদবা পোং কয়াসু ঙসিদি মালেমসিদা কান্নরক্লবা। মীওইবগী মরক্তসু মরুপ-মপাং ( সঙ্গ ) দগী ফত্তবা কয়া অফাওবা ওইনখ্রবা ; অফবা কয়ানা ফত্তবা ওইনথিদবসু নত্তে।

অহানবা পুন্সিগী খোঙথাংদা হুরানবা অমসুং মী হাৎতুনা পুন্সি লেনবদা "রত্নকর কম্ব্যু" হায়না খঙনরম্লবা ফত্তবা সুপা অতু নোংমা

পুকচেল শেংলবা লাইনীংবা ( সাধু ) থরগা মায়য়োক্লরুবা, তিন্ন-রুবদগী লৌশিং কয়া পোক্লক্তুনা অফবা অচুম্বগী মায়কৈদা লাইরিক-লাইশু পাহ্নুনা মমৈথংদা "করি শাগৈগী গুরু বাল্মীকি" মিংথোলহ্নুনা পৃথিবী পুম্বনা ঈরাৎনরবা কবিগী থুভম ফংবা ঙমখ্রিবনি। মসিদম্মু নত্তুনা ফত্রবা জুগাই-মধাই মচীন-মনাওনা গৌরনি ভ্যাইগা তিন্নরুবদগী হরিনাম ফংহ্নুনা লানথি হায়নরিবনি। মসিদম্মু নত্তুনা হৈশিংলবী সতি সাবিত্রীগা পুন্সিগী সঙ্গ ওইজবা ফংলুবদগী মপুন্সিগী চেংজেল লোইহ্নুনা য়াতারুরবা সৈত্যবানবু যমরাজগী মথুত্তগী মপুরোইবগী থরায় নিজহৌহ্নুনা হিংনখ্রিবনি। অওইবমক মাতৈ ঈপা ঈপুন ঙসি ফাওবদা হায়নরিবনি করিস্ম লৈত্রবা তীলনা লৈগা তিন্নজবদগী অপোকপগী ফম্বালদা থৌগল তৌবা ঙমলিবনি। মশম পুন্নমক অসিনা অফবা মীগা তিন্নবা হায়বসিগা মান্নবা করম্বা উপায় লৈরিবগে ?

মরুপ-মপাং, সঙ্গনবু ফত্রবদি মহৈনা পাক-চাওবা সনক্রগুম্না হৈহ্নুনস্নু, মপা মপুনা কৈরাক থারম্বা স্নুংঙাই য়াইফবা ঈমুংদা পোক্তুনস্নু, মশক-মতৌনা ঙমথৈ লৈতনা ফজহ্নুনস্নু চাক চগ্রাং অমনা চেং চেংকোক অমা মাঙই হায়নবগুম্না শাগৈ-নাতৈ পুন্নমকপুস্নু লৈথা ভাহল্লি ; মাঙ-তাক্লনবা ওই। মসিদম্মু নত্তুনা পীক্লিহৈদগী য়াম্না হায়বা ইনবা মহাক্কী থৌজাল-মীগুংশি হৈবা লৈত্তোস্তুনা কী কয়া কয়াগী থম্মোয়বু শুদ্ধংপা ঙম্বা, মতম অমদা মনা পুংলবা উপালগুম্না থরায় পানবা কয়াগী পোথানফম ওইরগনি হায়না থন্নরম্বা কয়া অমস্নু সঙ্গদগী মাঙনখিবা, মীহাৎপা হুরানবা ওইথিদবস্নু নত্তে।

কয়াদনো ফঙ সঙ্গ হায়বসিনা হুমীৎ খুদীংগী লোয়নহুনা তিম্নরুরবদা য়োৎচাবীগা য়োৎ অমগা শম্নরুবদগী ফংলকপা মতীক-ময়াই অতুগুম্না তিম্নরুরিবা মীহুগী থম্মোয লৈরা'দা থঙহৌদনা মহূ পুরবা তীন তারবা ক্ষৌপালগুম্না মরু ফংনা চীকথৎতুনা মাঙলকপগুম মী অতুম্ন লৈখা তানা মাঙলকই।

মমা মপানা শেমগৎচবা লোইরবা র'খলগী থ.উমৈগুম্না ভাইবংপানসিদা হুমীৎ থাগুম্না যেংজ্রিবা মচানা ঈযাযদা কোঙ্গোল তাকপগুম্না লৈখিদ্রবদা হু'ভাইগদবসি কৈদ:না ? ফবরম্ন ফত্রবম্ন মচা হায়বসিদি মমা মপা ওইবশিংনা অম্নক্কী মতীক হুংশি। মপাম্মোংদা খাববা মীৎযেং, শারবা কালেন্নগী হুংশালক্তো চেক্লা ক্বাক্লা লাক্লা-লাক্লা খো বগুম্না চৈজরবম্ন থম্মোযহুংদদি লৈতোন্দা লা'বনগী খোইহি তৈবগুম্না মচাশিংগী হুংশি ঈচেলতনা অরা মৈচাক কযাবু কাওথোক্লহল্লিবনি। কাওথোক্লহল্লমদ্রবা, হুংশিরমদ্রবদি ঙসিগী সংসাবসিদা হি'লিবা হৌথ্রবা কযাগী মমাঙদম্ন রাবীনথ্রবা মহাক মহাক্তগী মৈশানা মমা মপা ওইবা কয়াবু ইকায-ফিরুক খুম্নথ্রবা মচাশিংবু তুম্নবা হাংতোক্লবমগদবনি। মীপুম খুদীংনা য়াবা অফবা, হুংশিবা হাযবসিগী অরূম-অযাংগী খলদি মীযাম্না পাযহুনা ওল্লি। মমা-মপা ওইবশিংগী মফমদদি মাগী মাগী মচানা হেল্লিবা ভাক্তনি; অওকপা-ওক্তবা অমদা থক হৈজিন্দুনা থম্নদে। ওক্তবগী লুম্নবা খলদা মমীং চৎচরিবা চাওবনা জেলদা মীহাৎপনি হায়হুনা লৈথ্রবদা মাবু পোকচবা মমা মপানা করম্না হুংভাইগদৌরিবনো ? ঈনাক-কৈরাক খুল্লবা, মহৈ মপুং ফারক্লবা স্নায়াইমনা চাওবগী খুজিন

থোৱাং লৌরুবদগী মরাল লৈজদ্রবী লৈপাকলৈবু লমখাঙদা মাঙহন-থিবা, ওৎখিবা, মীংলুদগী পিরাং কংদবমখৈ শিম্থহনথিবা পুম্নমক্কা লমন শিংজখিবনি। পুন্সি হাযবসি সঙ্গগী মতুং ইন্না হুংঙাই-য়াইকৈ অমম্থুং মত্থদগী ফংলকপা মঙালন মী মীত্থগী পুন্সিবু ঙমখৈ লৈতনা শাংদোকহল্লি তেনশিনহল্লি।

পুন্সি হাযবসি থম্না থক্কী লাইজগুম্বনি; তয়াং-তশোইবা। অকনবা নো'লৈ হুংশিংনা খজিক্ত' ঙা থেংত্থনা ঈপাক্তা তিনখি-বগুম্না থর'য়নস্থ হকচা'বু হুন্দোক্লম্নগা তরং-মালংদা তিনখ্রিবনি। শিগ'নি হাযবসি খঙনা খঙনা কাওঃথাকহনবীত্থনা অপোকপনা থরায় প নবশিংগী অনীংবা লম্বী অত্থবু থিংলুবা ঙমদে অত্থমক চৎহল্লি। মসিদনি পুন্সিগী পন্থুং য়োদনা নহা ওইনা লৈমন চন্নরিবা! পুন্সি হুংশাংনা মপুগী পথাপ কাযদনা লৈমন চনগে হায়রবদি লমচৎ-শাজৎ; মরুওইনা সঙ্গ মশক খঙনা লোয়নত্থনা থরায়পানবা থুদীং-মক্কা ত ইব'পানসিদা হিংননবগী লাম্থেংনবা তাবনি; অরানবা লম্বী চৎতনা। নত্রবদি ষণ অশিবা মনাক্তা লেপ্পা অব্রাফম তাই হায়ন-বগুম অরেম্বদা মাংখিনি। ম্নায়াইমা অমম্থুং চাওবনা ফংখ্রিবা পুন্সিগী ফক্রবা মিংচৎ অসিবু তাবদা মতম অত্থগী মীওইশিংনা হুংশিরুবদি লাযরত্থনা অমুক্কা হেন্না নোকখি। পুন্সিগী অরোইবা পোলোইদা সনা-লুপা, শেল-থুম্না থরায়বু কনবা থক ঙম্নদে। করিগুম্বা ঙম্নরম্নবদি ঈনাক-কৈরাক খুনবা মীওইশিং অমত্তম্থ শিন-রম্লোই, ফত্তবা হায়বসি হূগী মশক্কি, মসিগা মান্ননা মন্নাই কনবা লায়না অমা মালেমসিদা লৈরম্লোই।

# "অঙকপা থোদোক।"

হরাও কুম্মে ফম্না হোগ্রে। নুংশি মাগী য়াম্না তাদবা অমদি চেংলৌ শক্তম উরক্তবা কোরৌ নুমীৎ য়াম্লক্লে। অহল-লমনগী কম্লবা চৈরাক্লা কনাগুম্বী অমদি রাহং-পাওহংবাদনা থাজথোকগ্রে। রারোইপোৎ পুথিবগা লোয়নননা লুহোংবগী নুমীৎম লেপ্পগ্রবনিনা নুমীৎচুপগী পলেম মমানা চাব থকপা মতমদা কুপশেন শেম্নহনা হায়জে; "ঈবেম্মা, নংগী নুংঙাই-য়াইফবনা হায়তুনা নথুরা-নতোন অমদি মরি-মতানা শিল্লক্তুনা থাজগ্রনি। হন্দক্কী মতাং অসিদা নঙননে চেন-চোংথিবা থোক্লবদি ঐখোয়দি চঙশি শিগদৌরিবনি, অহুননে নহাক মহৌশাগুম্না চৎথোকপগা য়াত্রবনিকো ...। মমা মপানা মচাবু ফত্তনবা শীনবা হৌনদে ভাব তাওকো ...।" পোকপদগী মচাগীতা রাজরক্লবা মমানা হায়বতুদা হিক্তে কপা ঙমজ-ত্রবী চনু নিঙোল্ম মহাক্লা নুংশিবা মহাক্লা পনথুংমিন্নররোই থল্লুবদা থরায় হকচাংবু পাম্মুরক্তরে। থল্লুবা থুদীংমক নুঙ অনীগী মরক্তা হাহায়বতু ওইরে। পাম্মুবা মহাক্লসু থওইবীত্রবনিনা সংসারসিদা হিংলুবগী বরি কাম্নথিগদগে থ নুহুনা অরোইবা রাথলগা লোয়নরহুনা খেঙ্গলবা নুমিদাং অহুনা উম্না কুপ্লবা অমুকুম মায়থোংহু পিনা চোৎ, শম্নাং ইফা ফারহুনা থোঙথোং তপ্না থাংলহুনা থোরক্লে। অহুগা থোঙ্গাল ময়াদা হৌরিবা লৈহাও মখোঙ তম্না চঙশিনগ্রে। লৈহাও পাম্বী অতু থোইনসু চাওদে থেইনসু পীক্তে। অত্তম ওইনমক মীতৈগী লৈহাও-লৈরেল পাম্বী ওইবনা মশা ক্লয়া লোঙদে। মনাক নক্লা শনৈবীগী বাজাও অমসু কৈরাকুম্না য়ুংহুনা লৈহাও পাম্বীগা

শাগোম্মরী। মতু লৈহাও হেক্লনবগী পাম্বৈনি। তনৌরিবী মহাক্না য়ুংলিবা ম্না অতুগী মতোল লোম্না কাখৎখরে অতুগা লৈহাও পাম্বীদা লাম্বোকখরে। মথাঙদা য়েঙ্গুনা পুরক্লীবা থোরীতু লৌথোক্লগা খুদাপ ফারবা লৈহাও মশা অমদা কিশিনখরে। খল্লকই মপি তরং তরং শিম্বরম্বনা পুন্সিগী চেংজেল্ল লোইরমদায় পাম্মুবা মাগা কায়ন-রমদাই মীৎকুপ খরসিদা; "লমচৎ নাইদবা মঙোন্দা পাম্মুবনা হিংলিডে হন্দক মপোকসিদদি ঐনা করি লুহোংবা … ।"

কয়াদা থৌনা ফঞবা হুংশি ঈচেলগী ঈরৈনো, মঙালনো, মৈচাকনো? খন্থরুবদা লোইবা নাইররোইদবা হুংশিবগী থোকপা ওম্নরোইদবা কিশি অসিমনা কিঞবদা নাম্বোক্তুনা চৎখিগদবসে স্না লুপা, লন থুমদা মিহৌবী পুকচেল লেপ্তবী, হুংশিববু শান্নপোংকুম খনবী শারমচৎ চৎপী হুপী হুপা খরতনা ওমগল্লি। অশেংবা হুংশি-নজবা শাবী শানৌগী হকচাংদা হুংশি লাইনানা নাঞবদি অখং-অহৈনা লায়য়েংতুনম্নু খক ফবা ওম্নদে। হকচাংগী লায়নাদি মাইবা ডাক্তর কয়ানা কু-থক্তগী থাংথরক্তুনা থরায়বু কয়া অমা কনবা মীতৈ লৈবাক্তা য়াওনঞবনি। অতুগা হুংশি মৈচাক্না মৈর য়ঞবা শাবী-শানৌ কয়াদি মশীং থিঙমখিদরে খাংদুথক্তা লৈখিদবনা কোঙ্গায়নি। মীতৈ হুপীদি হুংশিবগীদমক থরায়বু শান্নপোৎকুম্না খল্লি, ময়াং-ইম্ফালগী মপুরোইবা নীংবী কন্যানা পোৎসোয়রিবা মপুরোইবা পদমোগী কু-থক্তা চোংশিন্দুনা কম্বী থক্তা ঙৌবা লেমলৈ ঙাগুম্না মৈরক্তা চাকথেক্তুনা শিখিববু করম্বা মীতৈ কাওলুপ নত্তবা কাওলুপ কয়ানা ওম্নঞবগে? মালেম (পৃথিবী) সিদা হুংশিবগী শীক্লবা

লংলা অসিমগা মাম্লনা কনবা করম্বা য়োংকী থৌরী, ঈচেল-ঈরৈ অমদি লায়না লৈরিবগে ? থেঙলবা হুমিদাং অসিদা হুংশি মৈচাক্লা ঙাওরবী চহু নিঙোল মহাক্লা থৌরী কোঙ্গোয় শেমহুনা মথৌ পাঙথোক্লবা শেম-শাথরে।

অশেংবা অমতং খঙহৌবনা হুপা ওইবা ঐগী তুংগী পুন্সিদা হুংশি মাগী লমন তোন্দনবা হায়হুনা থাশিরমদাইগী থেঙজিল্লক্লবা হুমিদাং অহুদা লংফৈদগী থুংলবগা চাদ-থক্তবমখৈ থোরক্তুনা মশাবী মকাদা তম্লক্লম্মী। মতোমতা খঞ্জরকই ; করিগুম্বা হুংশি মহাক্লা চরৈ ফি শাবমদবা থোক, থোঙজি-নাতৈ কাঙলমত্রহুনা থোমলেন তুমথুন হুল্লম্লবদি …। মপু মাগী শিম্বানি, তাইবং ওইবা ঐহাক্লবু করি উপাই লৈবি। পম্বা তৌদনা চঙশিন্দুনা নাশোন শীক্লা হুংশি মাগী ফমফমলাং মাঙ্গোল অমদি নিঙোল কাগী মীহুৎথোঙন-চিংবদা য়েংজরুরে। অরাবনি উপায় লৈত্রহুনা লৈহাও মথোঙদা তুমীন লেপ্লহুনা অমম্বা অহুদা লৈরি। লৈহাও মথক্কী চহুরা অহুনা উচেক-রায়ানা য়ারেকপগুম্না তুম্না-হিপ্নখ্রবা চীক্লবা মতম অহুদা হম্না হম্না কয়ারক তারকপা খোঞ্জেল অহুদা কাখত্তুনা য়েংনিংবা পোক্লক্লে। খোঙলৈ থুনা য়ুংলিবা রা অহুদা কাখৎতুনা য়েংখরে। মীৎকুপ খরগী মমাংদগী লৈহাও মথক্তা লৈরম্লিবা হুপী অহুনা হম্না য়েংথরক-পদা থংপ্রেক থংলহুনা মখুত্তা পায়রিবা থৌরী অহু থাদোক্তুনা উথক্লী হায়বগী রাখল পুমকাও কাওখিহুনা লৈমায়থক্তা শগাইদগী মাইরেল ওম্বগুম্না তুপ লাওনা তাখরে। কারিবা হুপা অহুম্বু অঙকপা অকিবনা থল্লহুনা থুনা য়াঙনা কুমথখক্লে। থামম্বা অহীং ওইহুনম্ক

খর ফুইনা হোল্লহুনা রাম্বরম্লিবী মুপী অহু কনানো হায়বা মুপা অহুগী হকচাংদা লৈরিবা কুপথ্রবা শিংলি খুদিংমক্লা কোক্তুগী তোন ফাওবা থঙলক্লে। মিৎকুপ অমা লোইডমদনা মনাক নকপা পুথ্রিদগী ঈশিং থম্লা ফিদা চোৎহল্লগা লরাইদা হাপ্লীবে। ভাব খর-খরা তারক-লহুনা খর ফুইনা ফুইনা হোল্লক্লে। মশাহু নোম্ল-নোম্লহুনা কৌরগা তপ্না চিংখৎপীহুনা ফমহল্লে। খোঞ্জেল অহুনা রাম্বরুরবী মঙোম্দদি থরাই-হকচাংগী লায়না পুম্বা মিৎকুপ খুদিংগী ফহল্লক্লে। করিনা হায়ববু চন্থ নিঙোল মহাক্তি মঙগুম্না শল্লরে; মহ ক্লা অম্মুম্না লাক-তুনা কনবিরগনি থাজরুদবনা। শাবী-শানৌ অনিমক্কী তপ্লবা খোঞ্জেলনা লৈহাও মখোঙ অহু অচিকপা লৈখিদরে।

পাথং অহুনা নিঙোল অহুবু চেজেৎ কোনশিনবীরগা নাপ্পা চিক্লা থম্মোয়গী শেংলবা য়ারানা ফোংদোকচখিরমই—"ঐগী অমুক হম্না ফংলরোইদবা থম্মোয়গী লন মিৎবুপ্তা মাঙলমগনিদা…।" চন্থ নিঙোল মহাক্কম্মু কপ্লহুনা পাথং অহদা হাযজখিরমই –"ঙসিদি ঐনা থাজখিবা লৈহাও অসিনা ঐবুম্মু কনবিরে। লৈহাও পাম্বীসি থাজ-রমজ্রবদি নংগা ঐগা মফম কৈদম্মু অমুক হম্না উম্নরম্নরোইদবনি।" অম্মুম্না মুংশি মাগী মথাহুংদা ওইনজহুনা মহৌশাগুম্না অমত্তা ওইবগী রাহৈনা পাওমেঞ্জরমই।

পাথং— ঈবেম্মা, করিগী অহুক তমথীরবা রাথলনা থেংলবা অহিংসিদা পুন্সিবু মাঙহনবীগে থৌরাংলম্লিবনো ? পুম্নমক নশানা রাজ্রবদা অরেম্বনি ; করিগী পুন্সিবু লম্ম।থাংদা …।

নিঙোল— থক্তা খোকপা "মুমিৎ-থাগুম্না" মিৎকুপ খুদিংমক্কী

মীংজরিবা পাম্মুবা নহাক্কা থু‌্নজত্রবদি হিংলুবগী করি কান্নখিগনি সংসারসিদা··· ।

পাথং—নংগীদমক্তা ঐ হিংজরিবনি স্নুংশিবী। নং লৈত্রবা সংসারসিদা ঐগী পুন্সিস্থ অবেম্বনি । নংগী অরেপ্পা পাউ অমা তাই; মরমসিদগী ঐস্থ নংগী নফমদগী অরোইবা ভিক্ষা অমত্তং··· । নোংদম্বনস্থ চানবিরে, ঐগীদমক করি থনবিরিবা ?

নিঙোল—সংসার অসিদা পাঙ্গল শোল্লবী ঐহাক্কী হাযববু নহাক নত্তনা কনা অমা নৈ িবগে ? নহাক্কী রাখল থাদোকচবা স্নুমিং অত্তুদগী ঐগী পুন্সিস্থ ··· ···। নংনস্থ কনবিরে পন্থরগুম স, পুন্সিচুপপা ঐতবু ঙসিদগী অন্না-স্নুংঙাইগী লম্বীদা লমজিংবীরোগবা থম্মোয়গী অমত্তা ঙাইরবা স্নুংশিবা।

রাহৈ থরসি হায়নবা লোইবগা শাবী-শানৌ অনিমক খুজেং পালোইনত্তনা পনথুংফমগী ঈপাক্তা হীহোনবা হৌখরে। স্নুংশি ঈচেলদা পন্থেংলবা শাবী-শানৌ অনিগীদমক মপুং ফাত্রিবা থাশি-রমদাইগী থাজস্থ তরং-তরং নোংমাইজিং চীংগী মরুমদগী উতোন স্নাতোন পক্কা ঙাম্থোইরক্লে। ঈংলবা থাজগী মঙালনা লেঙলি পাল্লিবা পুম্বা উহল্লকপগা লোয়ননা অহিংগী শরুকপুস্থ অমুক্কা হেন্না তেনশিনহনখিরমই।

পাবিরিবশিংনা নীংশিংবীত্রবরা ? থেংলবা অহিংদা থৌরী মান্দুনা শিগে তৌরন্নবী চম্থ-নিঙোল অত্তুনা লৈপাক্লেগী মমান্নবী খাবল্লেনি। অত্তুগা লংফৈ থুংলবগা নংহৌররোইদবা মতাগুম্না থাবল্লেবু উনদবা য়াদে থহুত্থা উম্নজখিবা, থাবল্লেবুস্থ কনবীখিবা

হুপা অতুনা বীজয়গী মমাম্নবা রাজেন্নি। থাবল্লে অমম্বুং রাজেনম্মু পীশক পীক্লিভৈদগী হুংশিনজরকপা তৎনা থ্বানরক্ত বা মীওই ঙাক্তনি। পামদবা হায়বসে অম্নুক্কী মতিক পামদে ; মোইরাংগী ব্ৰারীদা চাংখুবগী মচা ইবেম্মা খোইবীনা অঙোম নোংবান কৌবা য়াইফথোইরবা মহাকপু পামখিদে। অত্থগা লায়র চুদৎনরবা খম্ববুনা থম্বাইদা থরাইগুম্না অপাম-হুংশি থুংনজখিরমই। কনা অমনা অথুম্বা পোৎপু নোংমাংখাগুম্না থম্লি ; কনা অমনা অথাবা পোৎপু খোইহিদগী হেন্না পামনৈ। মীওইবদি শক মান্নদবগুমনা রাখলম্নু তোঙল্লি। অত্থমওইনমক অচুম্বা, অশেংবা হুংশিবগী মউ চেৎলবা পাম্বীদি মফম হোংদে, উরিনা মনাক নকচবা উপালদা য়েৎচহনা নাওখি শাজৈ। লাইবক্লা তম্বা হুংশিবদি তুরেলগী ঈচেলগুম্বনি ; থে না করবা কনানা তুবেলগী ঈচেলবু থিংঙমগ্রবগে ? তুরেলগী মরুনা কংদ্রিবমথৈ ঈচেলনা লেপতবগুম্না হুংশিজরিবা শাবী-শানৌনা হিংলিবমথৈ মৈ, ঈশিংনা চামত্থনম্মু হুংশিবদি কোক্লরোই।

## "খুদোলপোৎ"

ফিমল শেৎলবী নীংবা কায়বতনা মশক্লক ওইরবী লৈপাক্লেদি মমাগী ফমশেম্নত্থনা লৈরি। মহৌশাগা মান্নরক্তবা মওং কায়রবা মমাগী হকচাং ফিভমত্থ উক্লরগা শাংকায়রকপদা ঙাইরিবা লৈরাংগী লৈকাদা অয়ুক্কী লিক্লানা নপপগুম তনিক-তনিক মিৎস্না লবা অনিদগী তরংগী লাইজ শিম্নরক্লে। থংনবা মিকুপ অমদা উঙ্গনি

মতাগুম্না লোম্ন-লোম্না তৈথোকচরমই। মৌপ্রাম্ন স্কুল চৎথিবদা মঙাইরি। লৈপাক্লৈনা মমাগী মফমদা অরানবা লীচৎ চৎপা হৌরক্লে ; হরাও-হরাও নোক্লিংবদি পোক্তনা মমাবু কৌজরমই, "ঈমা, তরা চাক'লন চারসি … …। ঈশিং অশাবন্থু পুজরক্লে, মিৎ-মায় তাথোকলসিদো … ।" মমা কেতুকীনা তপ্না ঙম্থোই-ঙমদবোই হৌগৎকদবগী শেম শারি। লৈপাকলৈনা মমাবু তপ্না শৌগৎ-পীরদুনা হিদাক অতুদা ফমহল্লে। অদুগা হৌথিবা হুমিৎ কয়ানিগুম্না মোল্লবা ফদি অমনা মমাগী মথৌ লোইথোকচরে। অমাং-অশেং হায়বসিংক্তবু মফম মতমগী মতুংইন্না থায়রক্তে। লাইনিংবা, অপাম্ব-হুংশি, সনা-লুপা পূন্নমক পাঙ্গলনবু শোল্লবা, থল্লাই-হকচাংনবু ঙমত্রবদি পূন্নমক অরেম্বনি। মমানা লৈপাকলৈদা হংলক্লমই, "স্নাহল, ইবুংঙোদি স্কুল কাগ্রবরা ?" হুমিৎ চুপপগী হংলকপা মমাগী রাহৈনি। লৈপাকলৈনা তপ্না থুম্লকই, "ঙাইহাক ওইরে চৎথিবা ঈমা, ঙসিদি থাংজনিনা ঙম্তা হল্লকনি।" কেতুকীনা হিক্লা হিক্লা কপ্লদুনা ঈচাদো শারবা হুংশাসিদা শাংলবা লমশাংসি চৎপদা রারীগনিদো … …। হে, লৈতবা তোল্লিদকো তোল্লিদা … …! একাগাড়ী ফংথিদবা অমত্তা হেক লৈবিবা ঙমদেদকো ; মপা লৈ-রমলবদি পু-লংহুনা লৈবীবস্থু ময়াবনিকো। হে, শিবা, নাবা নথোয়সিবু কনানা শেমলিগবা … !" মমানা কপ্ল-কপ্না রাহৈ-শিংসি থম্মোয় শোক্লা ঙাংকলপা অদুদা লৈপাকলৈস্থু কপ্লনা ঈমা, ঐ লৈরিবসিদি। ঈবুংঙোনা কলেজ হেক কাবগা সাইকল অহনবা, ঘড়ী, খোঙগ্রাও অচোনবা লোইনমক থোনদোক্লিবনি।

করিগীদমক ঈমানা অত্থক তোম্না থল্লিবনো? ঐখোয়স্থু মীনি, ঐখোয়দগী হেন্না তোনবা কয়াস্থু হিংলিনে ঈমা। পুন্নমকসি ঐখোয়গী লাইবক্না তম্বনি থন্দোকপিরোগবা, ঈমানা মহৌশাগুম্না কল্লবদি ঙম্লোইদবা করিবু লৈরিবগে? চাক্কুম ইঙগ্রপনি চাননবা তৌরসি হায়ত্থুনা মমাবু চাক পীজরে। লৈত-লায়রগা ওইবনে মতম কুইনা ঙম্লক্তগী হৌনবা চখোম-মণ্ডা তরাদং হুক্লগা তোকখ্রে। মমাগী সেবা লোইরত্থুনা লৈপাক্লে কোল-লিক পুরত্থুনা পুথ্রিদা চৎখ্রে। ঈমুং-মনুঙগী অগাবা রাখলগী ঈরৈলক্তা মতারোই থাবল্লেগী মণ্ডানি চাক্কৌবা য়াওজবা ঙমহৌদবগীদমক্তা লৈপাক্লে তপথবা ঙম্লক্তরে। কোল চান্ন-চান্না ইণ্ডাগী লূরবা নোংলিক্ম্না লাইজ'থক্তা পিরাংনা তাথিবা খঙহৌদে। মতম অত্থদদি কোরৌনা থক্তা চপ য়ুংনা থোক্লি। শিন্থরক্লিবা পিরাংত্থু তৈথোক্তবমখৈ কোল চামলি। য়ুমথংনবগী মীগা লাক্তুনা উখিবা থোক্লবদি চোপ্পা নঙ্গনি মিপাইজবনা তুংহন্না য়েংথোকচরমই। মমল য়াম্লবা ফিগে ফনেক মোইরং ফিনচিংবা কয়ানা হকচাংগী ফিবমবু ফজবা হেঙ্গংহল্লত্থুনা মরী মরী চঙলক্লম্মী। মমান্নবী ময়াম অত্থুনা নোকমি-নোকমি লৈপাক্লেনা পুথ্রিদা লৈবা অত্থু উরত্থুনা কোর-কোরগা য়ুমদা চঙখিরম্মী। লৈপাক্লেস্থু মমীৎ মমায় তাথোকলগা পরপ পরপ কারক্লম্মী। থাবল্লে, মালিকা, ইঙেল্লেনচিংবা পুন্নমক হরাও তয়াম্না কৌজরমই। মতম অত্থদদি লৈপাকলৈগী থম্মোয়ত্থুংদদি উন্না কুপ্লবা চীংগুম্না মমান্নবী থাবল্লেগী মফমদা ফোংঙমদবা রাখলগী ঈরৈনা ফুম্বংনরক্লে। অম্থুম্না চঙক্লনা মীৎকুপ অমম্রোম ঈরাক্লরিঙৈ-মতা

থাবল্লেনা লৈপাকলৈবু হুংশিমনগ্রহনা খম্মোয় শোক্লা য়াহৈ খরসি হায়জখিরমই। "ইত্যাদি থম্মোয়গা ওন্থোক্লা কনবীখরেনে; নীংবা কায়বা অমগীদমক ঐখোয় খাটবু পুন্সিগী কায়নবা ঙম্লগদ্রনে?" 'ইকায়খীগনবী হুপীগী মপোক্তা পোক্লম্লবী খুদোংথীবতনা ক্তুয়ো ওইজরবী পুন্সিগী অনৌবা মঙাল ফংলকনি থাজদ্রবী লৈপাকলৈগী মকমদদি মতা থাবল্লেগী য়াহৈশিংসে শামুগী মপোৎ ইরোইদা 'থোনবগুম্না থোকখরে। মম'ন্নবী ময়ামগী মমাঙদা লৈপাকলৈ ইকায়-হুংশি হকচীনমনখিবনা অসিনি হায়কম খঙলক্তরে। অহুম ওইনমক লোনখোক্তবগুম্না হিংজবদি নত্তবনিনা লৈপাক্লেনা য়াম্না চম্না খুমজখিরমই। "য়াদ্রহু!! তৌবনি থাবল্লে, নঙস্থু খন্থোনে ইতাবোই। ঐগুম্বী অমনা করম্না মীমাং থোক্তুনা নঙগী হুংঙাইরবা তুমীৎসিদা শরুক য়ারগনি? ঈমাস্থু ঙমদবা য়াম্না কুইরবনি, ঈবুংঙোস্থু স্কুলবু চৎপনে প্রাইভেৎপু তম্বা চৎপনে ঙাইহাক্তা চৎথোকচনবগী …।" মমান্নবীশিংনা লৈপাক্লেগী অচুম্বা য়াহৈ-শিং অহু তাবগা নীংঙমলক্তবা পোক্লক্লে। মতম অহুদদি লৈপাক্লে মমা কেতুকীস্থু মচানুপী থাবল্লেখোয়নি খঙলহুনা য়াম্না তপ্না কৌরক-লমই; থাবল্লে, ঈচানুপী থাবল্লে নত্তবরনে? থাবল্লেস্থু শোম্বাং-ননা তাবহুনা মমান্নবীশিংগা লোয়ননা ইমুংদা চঙমীঃখরে। ফিবম শোক্লবা মমা কেতুকীনা ঙম্বোই-ঙমদবোই কয়হুনা ওক্লমই। থাবল্লে ইমুং হেক চঙবগা মমাবু খুরুমজহুনা কৌজরমই। কেতুকীনা মখোল ইফায় ফাইরহুনা থাবল্লে, নঙস্থু ঐগী ঈচাগুম্বনি। ঘুম পামবা হায়বসে তুরেল লৈঙোয়দগী হেম্না কুপ্পনিকো ইবেম্মা'

নপুরোইবা অমদি অহল-লমননা য়াননবা চৎকদবনি , মতম চুপ্পদা নপুরোইববু লাইমক্সি থম্না লোয়নগদবনি কাওগনুকো। নিঙোলনা পলেম-পম্বোগী য়ুমদগী হেক খোঙ থাংদোকখিবা পুমিৎতগী য়ুমদা হল্লকপগী রাথল থনকদে ঙম্ন-ঙম্নবা পানগদোবনিকো। ঈমাগী হায়ববু নঙননে পুন্সি মুংশাংনা পানবা অসিতনি। রাহৈ থরসি হায়রম্নগা হিক্না হিক্না কপ্লতুনা হিপথরে। লৈপাকলৈ অমদি থাবল্লেখোয়গী মমান্নবী পুন্নমক লোম্না লোম্না মমা কেতুকীগী রাহৈ-শিংতু ভাবগা লোয়ননা কপ্পখিরমই।

মতম্না অস্থুম হৌজিনখিবনা থাবল্লে. মমা শক্লবী কেতুকীবু থুরুমজরগা মপাল থোরকলম্মী। মাঙ্গোলদা লৈপাকলৈবু মমান্নবী কয়া অতুনা থেম-নৌতুনা হারজরবা ফাওবদা য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে। মমৈথঙদা থাবল্লেনা অরোইবা ওইনা লৈপাকলৈদা হায়জখিরম্মী। "ইতা লৈপাকলৈ নঙ ফাওবনা ঐবু করি অমত্তা মুংশিবীত্রবোই ? য়ারগদি ঙাইহাক্তং চৎলুসি কৈদোবগে … ? নহাক য়াওদ্রবা ঐগী খৌদোক-রাখোকসে ওন্থোক্না মপুং ফাথিদ্রেদকো।" লৈপাক্লেনা শিম্বরক্লিবা পিরাংশিং অতু তৈথোকচরগা য়াম্না চীং-লেম্না অরোইবা ওইনা থাবল্লেগী মফমদা রাকৎচরম্মী। "ঐগী হায়ববু নঙগা ভামো রাজেনগা থুংনজহৌবশিনা অরোইবা মুংঙাইজবনি। নঙ ঐ মহৌশাগুম্না লোয়নত্রবম্তু মুংশিবদি থক মাঙবা য়ারোই। ঐন্থু থল্লি কয়ারক নঙগীদমক … ঈমানা থরা কল্লগা পুম্না নোংমা চথোকচরক্কে। নঙনা ঐবু রারোগনুকো ; … সে, খুদোল পোৎ অসিমতংনা মতমচুপ্পদা য়াওম্নবীতুনা নত্তা অমা লৈরি হায়বসে কাওবীগনুকো …।"

লৈপাক্লে, থাবল্লে চেজেৎ কোনশিন্নবনা কপমীন্নখরে। লৈপাক্লেনা মপি তৈথোক তৈথোক্লবনা থাবল্লে ঐগী পুন্সি অরেম্বনি তাইবংপানসিদা …। সংসারগী অরা-হুংঙাই অমদি অঙৈং-আশা চঙলকব্রবা পুন্সিনি। তাইবংপানসিদা ঐমুক নীংবা কায়বা, মীরক তিন্দবা মতাবু নীংশিংদবা কয়া হিংলমখিগদ্রা? রাহৈ খরসি হ'য়না হাযনা থোঙ্গাল ফাওবা মমান্নবীশিং অদুবু থিন্দোকচরম্মী। থাবল্লেনা হঙ্গাম মপানগী মোইরাংফি ফিজিন চনবদু পায়রবনা লৈপাকলৈদা হায়খিরম্মী; —"ইতা লৈপাক্লে নুপী ওইবী ঐখোয়-মুক তোনবা মপোকসি থন্নায পানবশিংগী মনুংদা হিংলম্নরোই। অদুবুনে অচুম্বা চৎপা মীওইশিংগীদমক্তদি অরাবা তারক্লবা মতমদা হেক-হেক কনর্নাবা সিদবা মপু অমদি লেঙদনা লৈবনি কাওগনু। ঐ নঙ অমত্তনি; মা ঐগী পন্থুং অঙকপগী মশক্তি। পুন্নমক নোংমা তম্নগে ঙসিগীদি কায়নরসিকো …।" মমান্নবী ময়াম অদুগা থাবল্লেম্সু চৎমীগ্নখ্রে। লৈপাকলৈম্সু নীংঙম নীংঙমদা লৈহোই।"

লৈপাকলৈনা থাবল্লেবু হুংশিদবা নত্তে। অদুম ওইনমক হুংশিবা হায়বসি মপাম্থোক্লা উৎপা তারবদি থবক্লা লেঙদ্রবা চুকনি। মসি হায় হায়বনম্সু থাবল্লেগী থৌদোক-রাথোক্তা মমা অশোনবীবু করন্না থাদোক্তনা অমদি লৈত লায়রম্সু ওইবনীনা করম্না শরুক য়াবা ঙমগনি? সংসার অসিদি লায়রবগী পোক্লফম নত্তে। লায়রববুম্সু নমথরবা, অশোনববু তুহৎপিবা জঙ্গল অমনি। মী হায়বর্সিনা শা মরক্তগী খরা হেন্নম্সু ঐগী মীগী খায়দোকপা হেল্লি। অম্নুম্না কয়াম কুইনা নীংবা থুংদবা তাইবঙ ঈপাকথকসিদা লৈপাকলৈ

রাকচীংগী উলেন খাওহনা হিংখিগনি। পুন্নমক অসিগী মরুদি তমথীরবা সনায়াইমনা তিল অমগুম্না লৈপাকলৈ কোবী লৈরাংদা লৈয়োল চিকথৎপীহনা লৈমন চনহনখিবা নুমিত্তগী অন্না ঈপাক্তা খোঙদাখিবনি।

## ‘চেপাও’

### ( চিঠি )

অরেপপা লৈতনা চাওখৎলকইবা সংসার অসিদা তাইবংপালগী মরক্তগী করম্বা অমথকপু নিংথোরেলগুম্না কীনবগে, ইকায় খুম্নবগে? কনা কনাগুম্বনা হায়নৈ মহৈ হৈবা, খুৎকন পাঙ্গলবা ফম অচৌবা পায়বতবু মীনা উশিংলি, ইকায়-খুমনৈ। হায়বিবা পুন্নমক অসি হৌজিক্কী মতমসিদদি অরেম্বনি। অচুম্বা থীবা ফংত্রবা অরানবতনা মহুম চাওনা শারবা শেলতনা মী অমবু পংথবা ঙমহল্লবা মতমসিগী লায়না অসিদদি শেল পায়বা মহাক্তনা থোনা ফবা, শক ফজবা, খুৎকন পাঙ্গলবা ওইথরে হায়বদা য়ারে। লললৈমনা তুংহনা লৈরবনিনা মীপুম খুদিংমকসু ইনাকখুনবগী থোঙজিন্দা লেপ্লবা ঙাক্তনি। ইনাক খুনবা মীওইগী করিগুম্বা থবক অমত্তং থোকলবদি নোম্বীনবনা হীয়াং তান্নবা য়েংবা-অকপগুম্না থোদোক অহুবু ককচেংনা তিন্থোক থাংবগুম্না শো শাবমখৈ লোইথোকই। অহুগা করিগুম্বা রাথোক লান্থোক অমগীসু শরায়বু পাম্মুনরুবা লৈতনা শেলগী ময়াই অহুনা

ইনাক খুল্লিবা মীওই অতুতবু ইকায় খুম্নে। মসিদমু নত্তনা ইনাক খুনবা, য় ইককোলগী মীওইশিংগী মচা মগুনা ঙাওরবমু ঙাওসনা, অহল লমনগী মমায় য়েংতুনা অরানবা কয়ামু উশিন্নরুদরে। করিনা হায়ববু ল.য়রবনিনা থৌদোক-রাথোক অমদা হায়জরুবদা য়াবী-রক্লোইত্রা খল্লতুনা অচুম্বা অমত্তা পাংথোকচবা ঙমনখিদরে, শেলগীদমক। তশেংনমক হায়রবদা শেল পায়বা মীওইশিংগী মবুথি মরৌশিংদি লাইয়েকপগী মরৈ লিশিং লোংবা তুরিগুম্বনি ; ঙমদবা থবক লৈখিদরে। চমোৎনরবা অচুম-অরান খঙনদ্রিবা মীওইবগী মরক্তা শেল পায়বা হুপাদি লমতুগী নিংথৌরেলগুম্বনি।

নো মদি কুবের তঙাই ফদনা মহাক্কী লুনা-চান্না তিন্নজরকপা মরুপ উ.চন্দ্রা লৈবা তক্ষাজাওগী মচাহুপী অহলগী লুলোংবা অমা চ লমই। লুহোংবা লোইরহুনা য়াচংবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা ময়ুম লমদম পাংলকখিরমই। মমায় নোংচুপ ওল্লহুনা উচেকোন অমম্বুং ওক্রেম চিথেক ফাওনা শনথ্রিবা লৌকোন পল্লিদা ( যুবরাজ পল্লি ) মতোমতা লাকই। মহৌশানা লমহাং হায়বসিমক্তবু তুম্ন-হিপ্নগ্রবা মতমগুম্না পুমচিব-চিকই হায়বা য়াই। মেরা থাগী থাবুং হুমিৎ ওইতুনমু মুর-চাওরবা নোংগী মপৈ অমনা শংবান্নরবা অভিয়াগী শকক খরদা মনিংতম্না পায়রক্লহুনা কিস্থরকদবগুম্না মোইরাং লাই-ফিন্নদগী নোংমাইজিং তমনা পাইরক্লি। মকোয় মান্নরবা ফজ-থোগরবা থাবুং থাজনা মেংলবা মঙালগা ইরোয়ননা শন্দোরকলে। লৌকোন পল্লিগী নাক-য়েত্তা সংনা হৌথ্রিবা কোগী লৌবুক অনি অতুমু তুম্বগুম্না করি অমত্তা লেংখিদরে। লম্বীগী চিদায় চিদায়দা

হক্র, চিগোংলৈ, বোরোইনচিংবা চরন চরনস্থ হৌরী। কুবের মচাহুপা লৈতলৈদগী অকি-তুজুংবনা অনৌবা হুংশিং থুংলবগুমনা মতম চুপ্পদা ইরোইদ-লোইনৈ; মী অমত্তা থাজরক্রে। লমহাং মত্তেক অহুমতং লাম্থোক্লবা হোৎনজবদা তুং-মাং য়েংলহুনা ঙসাইদগী লেপ্তুনা লাকলি।

মকোয় মরাং চোম্বা, মশম শাংলবা হুপা অমস্থ লম্বীগী চীদায়দা হৌরীবা হৈবী মখোঙদা ফিমু শেৎলহুনা মথুত্তা থাংশাং অমা পায়-রহুনা উন ঙ্গাংমুক চিঙ্গা থাবলগী মংাল ফংদবা মরুমদা লেপ্লি। থঙহৌদনা কুবেরগী মমাংমক্তদা শবথংবা ফিমু শেৎপা হুপা অহুগী লংলবা, শাংলবা থাঙশাং অহুনা মঙকশম ময়াদা থমলহুনা ঙ্গাহৈ থরসি য়াম্না চিং-লেমনা হায়বা হৌরক্লমই। মতম অহুদদি কুবের মঙঙাক্লবগুম্ন থরাই হকচাং পূম্নমক ফিমু শেৎপগী লংলবা থাঙগী মত্তোলদা কোই পায়-পায়হুনা লৈখরে হায়বা য়ারে। শিব চংবগী রাখল্দি চঙবু চঙলুদরে, ফিমু শেৎপা হুপা অহুগী রাহৈ খরহু য়াম্না চঙখোম্না ঙারমই।

শম শাংবা— অহলবু কুবের হায়বহু ওইবীরবরা ?

কুবের মানি, মানি ঈবুংঙো ··· লমহাংসিদা ঐবু ···।

শম শাংবা—য়াম্না হুংঙাইজরে, হুমিদাংরাই য়ুমদস্থ চঙজক্লরবনি।

অহুদা অহলনা লৈবিরমদবা অহুদা লমহাংসিদনা হুংঙায়রগনি থঙহুনা ঙাইজরম্লিবনি। ( থাংশাং অহু হাম্নগুম হাপচিনখ্রে )

কুবের— করি তাকপিগদবা লৈহনা অহল ওইরকলবা ঐবু ·· ।

শম শাংবা-- অহলনা চেজেৎ অসিমত্তং পায়শিনবীরগা থঙবীগনি ;

পাঙখোকপিগদবা খোরম-শিম্বা মরিক চুমনা রাওঙ্গবনি ··· ।

কুবের—অহলগা ওইশিনলকপসিদা ঐবু ভাব তাবা ঙমলক্তরে, ইবুংঙোবু কনা ওইরবনো … ?

শম শাংবা—ঐদি য়াম্না লায়রবা মীওই অমনি। অহলগুম্বা হুংঙায় য়াইফরিবা মীওই অমনা খঙবদা রারগনি। করিনা হায়ববু, ঐগী পুন্সিদা লায়রবশিংগী ঈ চুপপা মীওইশিংগী মনাক নকপা পামলক্তবনা ভাকচবগী করিস্মু কান্নররোই।

কুবের—ঐবু মঙগুম্না তৌরকলে, ঈবুংঙো তাইবংসিদা য়ারগদি …।

শম শাংবা—অহল, পুন্সি হায়বসি মঙ মথল অমনি। অস্মুম মঙাক-নত্তুনা হিংজরকলিবসি কুইরক্লবনি … …। নথৌ মশক খঙনা পাংথোকপীগদবনি অহল। চেজেং অত্তু পাবিগগা ঐবু খঙবীরগনি। করি করিগুম্বা মতমদা তঙায় ফদনা উন্নবিনিং-লবদি লমহাংসিদা চংথোকপীরকউ।

অস্মুম্না লৈত্তোন শেংলবা শম শাংবগী রাহৈশিং অসি তারুবা, থেংনরুবদগী কুবেরদি মঙগুম্না চপ লেপতুনা মহাক্না চংখ্রিবা মায়কৈদু যেংতুনা অত্তুমক লৈহৌরে। কুবের মঙদা উরোকথোং লানবগুমনা অমদি শামুনা তানবগুম্না অরাবা রাখলগা লোয়নরতুনা ময়ুম য়ৌরে। কুবেব থোকখ্রিবা থৌদোক পুম্বা তমলত্তুনা ঙাইঙমদনা চিঠি অত্তু পুথোকলগা পাজরমই।

খুড়া কুবের,

মতম বুইরে নচানা ঙাইজরকপা অহলতবু। হৌখ্রবা ঐহাক্কী অহানবা পুন্সিদা অহলগী নচানা লৈখা তাহনখি। রাশক পরৈ ভাকচবদা নচা সনায়াইমগী পুন্সিবু ঐতনা ঈথম্নহনখিবনি। মরাল

লৈজত্রবা চাওবা হায়রিবা মুপা অহূ থাদোকপীয়ু। হন্দক মপোক্কী ওইনা ঐনা ঐগী মুংশিবী কায়নবা, অহলগীনা নচা কায়নখিবতুগী থাইনা লৈচাক থাওহৌবগুম্মা, ঐসু ভাওচংনগুনা লৈপাক্নেগীদমক…। পুম্নমক অসি মীবুংমী অমনা উপিংতবা, শের্ননা থোক্লা শাবীবদগী থোকখিবা ভাক্তনি। থয়োইবা ওইনা থভাঙ্গনীংবদি অহলনা চাওবতু থা অসিমগী মনুংদা থাদোকপীত্রবদি লৈথিত্রবা নচাগুম্মা…।

বীজয়।

পাথা লোইরে। পুনঙক ভক্লহুনা থোকপ্রিবা থৌদোক কয়াবু নীংশিংলুরগা কুথের অমসুং কুমারীনা চাওববু ভুংথৈ লৈতনা নীং-ঙমলত্তবা কয়ানা মহোশাদগী হেন্দোক্লা মুংশিল্লক্ল। মচাকুপা তোম্বীস্সা অমদি ইথোলম্'গী মীওই কয়ানকুমপা রং ভাংহুনা চাওববু মীহাৎপা নত্তে হায়তুনা থাদোকপীনবগীদমক লেপ্পথরে। মরী-মতা অমদি অতোপ্পা মীওইশিংনা চাওবা অমসুং লৈথিত্রবা স্নায়াইরগী ক্ষুংশি ঈচেলবু থাক্লেশেংবা অমুকা হেন্না অচেৎপা লিপুনগুম্না মাগী মাগী থশ্মোয়না পুমশিল্লক্তুনা থাদোকপীনবা হাযজরকপদা কুথেরনা কুমীৎ থরগী তুংদা কেশ ককথৎতুনা থাদোকহনখি। অশেংবা মচাবু হাৎপা বিজয়বু কাননবগীদমক লৈবাক্কী মীকা-মীপুন তৌব-শিংনা কোইভান ভাম্লখি। অতুম ওইনমক কুমীৎ অহুদগী হৌনা মকমক্কৈদসু বিজয়বু অমুক হন্না থিবা কংখিদরে।

# "অরোইবা শরুক"

থেঙলবা অহীংনি। মীচিক-মীরাওখোল তারক্করে। লংল-লংলবা থৌরানমীচাক কয়াম্ব ভগুপ তরেংনা কাম্লম্বম্ম খঙহৌদনা ফুঙ্গৈনা হৌরকপা নোংচুপ মায়কৈরোমদগী পাইরকপা নোংজনা অতিয়াগী শরুক পুম্বা শিনথুংনা কুপখিবনা উবা ফংলক্করে। মুর মুরবা নোংজুমশিং অচুনা অচৌবা থৌওং অমা উংকদবগী মতাংগুম্না হক্ষং-হম্দা পাইবা হৌরক্লে। অহানবদদি খা পাংবদগী লিরি চুম্বা মালায়ানা তপ্না তপ্না পাওজেল্লকপগুম্না তৌই। অচুগদি মীংকুপ থরগী তুংদদি মায়কৈ শলাই খঙদবমথৈ অকনবা নোংলৈ মুংশিংনা মীচং মীথায় নাইরবা থবায় পানবা কয়াবু মাঙহনলগে মতাংগুম চুম্বা হৌরক্লে। ইখঙ খঙহৌদনা সৈসক কয়াগা লোয়ননা নোংথাংম্ন কুপ্লাক্লে। অথাক অরাও অচুগী মরক্তা মালেম শেম্বী ঈমানা পিরাংগী মরীককুম্না নোংম্ন লকক-লকক থিকলক্লে। লেংলি পাল্লিবা উ বা কয়ামরুমম্ম জগোয় শাবগুমা হাই-চুমলক্লে। থাঙ-বদা রারবা উ-বা, য়ুম-কৈনচিংবা কয়াম্ব তেক্লখ্রে। পোম্বী-চেক্লা কয়াম্ব মচুমলাংদগী মপাং কায়নরচুমা লাক্লা লাক্লা থোংলক্লে। তাইবং মীওই কয়াম্ব য়াহৌপ য়াতা কায়রচুনা অবাবা ঈপাক্তা খোঙদারক্লে। মতম অচুদদি মীওই তাইবং অমত্তগী খোজেলম্ম তাখিদরে। ঙাইহাক লৈরগদি নোং লকক-লকক থিক্লম্লগা অথোংবা চুইগুম্না মুর মুরবা নোংশিং অচু নোংপোক থংবা চৌংগী মরুমদা লৈথখরে। লেপপা লৈত্রবা মতমগী কম্বাকথক্তা শক

লোৎলুরবা থৌরাম্নীচাক কয়াম্নু ভগুপ-তরেংনা ভাল্লক্লে। অদুবু য়ামই হায়দুনম্নু থৌরাম্নীচাক ময়ামদি মালেমসিদা মভাল পীঙমদবনা অপোকপগী শিম্বা তুংইন্না নাইতোম থোকপী থাজম্নু ঈংনা চিক্লা ভাম্নোইরকলে। মতম অদুদদি থরাই পানবা অমত্তগী থোঞ্জেলম্নু তাবা ফংলক্করে।

অদুম ওইনমক কনাগুম্বী মীতৈ চদু নিঙোল অমথক্কী মনা পুংলবা লৈ অমগী মথোঙদা মথোল থোক্তনা হৌধ্রবা পুন্সিবু নীংশিং নীংশিংনা থল্লুহুনা পিরাংনা মায়থোং লকা পুম্বা চোৎলমই। অদুগা মতোমতা থঞ্জরমই, "ঐবু হিংলুবগী করি কাম্নথিগনি? নত্তে; সংসার অসি ঐগুম্বী অমগী লৈফম ওইরমদরে। মীওইবা কাংলুপকী তাইবংপানসে অরানবগী থুদোং থীরবা লাং ওইরমলে। লাংসিদা ঐম্নু থুধ্রবকো ... ...।" অম্নুম্না চদুরা অদুগা থম্মোয়দুংদা থন-জরগা পুন্সিবু লম্ম থাংদা ঈথম্নহল্লগে চপ য়ুংনা লেপ্লহুনা থোৎ নৌরবা থুংশা অদুনা থুৎতুম চেৎনা পায়শিঞ্জরগা মমিৎ উইশিনখরে, লৈ পাম্বীদা ভাথরহুনা।

অয়ুক মুংথিলদা ম্নারেকপা, মুমিদাং চাক্তবা চেক্লাগুম পুন্সি লেনবা হৌরকলবা মহাক্না ভাক-শেঞ্জরিবা য়ুম অদুতবু ভসিম্নু য়েং-শিঞ্জবা লাক্লমই; নাশোন পিক্লা লাক্লগা মনা পুংলবা লৈপাল অদুগী মরুমদা চঙশিনখরে। অদুগদি মঙগুম্না অঙকপা, মুংভাইরকা মুংশি ঈচেল অমনা মমাংমক্তদা ঈপাল থাগী চাংজৌ মাম্নরকা অঙাওবা ঈরৈনা থেংসবা অহিং অদুদা চেনশিল্লক্তনা থম্মোয়বু নৌনা ঈরাক্লহল্লক্লে। য়াম্না তপ্না থম্মোয়গী থুপ্লবা কাচিন্দগী থোঞ্জেল থোক্লা "ম্নাহল"

থারনা কৌবক্লমই। মীচিক মীরাওখোন তারকত্রবা অহিং অতুদা খবা'য়-হকচাং খুদিংমকপু তুজুংহনবগা লোযননা খোজেন্দু হেক তারকপগা মুরাগী মিৎস্না লকা অনিতু থঙাহীদনা নোংথাং কুপ্পগুম্না পাংথোর'ক্লে। মতম কুইনগী তুংসিদা ইঙা-ইংেলগী নোং মকমদা লোৎলুরবা কোরৌহনবৎম মমাংমক্তদা লাংচবিবা শক্তম অতুনা লেপ-তুনা লৈরম্বা অতুদা হায়ফম তৌফম খঙলক্তনা তুমিন য়েংজতুনা লৈরমই। চন্নুরা-পাখং অনি অতুম্সু মতম কুইনদগী লাংতরুববা রাখল, ফোংজমত্রবা রাহে কয়াবু অরোইবা ওইনা ফোংদোক্লরসনু হায়বগী মতাগুম শিদবা মপু (অপোকপা) না খেঙলবা অহিং অতুদা উপ্লহনখ্রে। মখোয় মখোয়গী থম্মোয়মুংদা পুম্সিগী ওইনা চিংখিবা হুংশিবগী শাংলবা চৈখৈ অতুতবু ঙমখৈ লৈতনা তেনশিনহনখিতুনা লাকঙম-ফাঙমত্রবা ঈথক-ঈপোম্না ওৎ নৈবা হৌবকাল।

অপাম্বনা মিৎকী পোৎথানফমনি। হুংশিবা হায়বসিনা থম্মোয়মুংগী লেঙদবা লন অমম্সুং শক্তমনি। "অপাম-হুংশি" হায়বসি লৈ পরেংগুম্বনি। অপাম্বনা মপালথোংগী ফুগায়না শাং-জিবা লৈনি; মথল মথেলগী। হুংশিবা হায়বসিনা লৈ ময়াম্বু লেংতুনা থমজিবা পীক্লা কল্লবা লাংলাগুম্বনি। লৈ-না কংথ্রবম্সু লংলানবু তল্লবদি লৈ-পবেংগী মতিক ময়াইদি মাঙদে; —হায়বদি কজরবা শক্লা 'হোংজপ্রবম্সু লংলাগুম্লবা হুংশি ঈচেলনবু কংখিত্রবদি হকচাং তোঙানজরবম্সু বাযনবা ঙম্নদে।

নীংশিংবীত্রবরা রাকচীংগী উলেন খাং, ওলাংথাগী শ্রীলাঙ্ভেগায় মরক্তা খোজনেৎনবিরবী লৈপাক্লে কৌবী লৈরাংনা

লৈশাৎ তমজবগুম ঙসি ফাওবদা শাগৈ অমগী মৌ ওইজগ্রবস্মু মশাবী বীজয়গীদমক হিংজর্বী লৈপ ক্লৈবু কাওবীরববা ? থেংলবা অহিংদা অরোইবা রাখলগা ঈরোইননা মপাল থোরক্লুনা লৈখোংদা লৈরমলবী মহাক্তু বীজয়তগী লৈপাক্লনি। অতুগা ঙাওচৎনরবা মুপা অতুনা বীজয়নি।

তমথিরবা ঈচেলনা মরক থৎতুনা শাবী-শানৌ অনিগী পম্বুংফমগী সম্বীদা কফোইগুম্না মগ্রাং খায়রকখি। অতুম ওইনমক কবন্নদি বীজয অমস্তুং লৈপ কলৈগী মুংশি ঈচেলবু থন্নাই হকচাংনা লৈরিঙৈদা হনগ্রো হায়বদি যাগনি ? য়াফমস্মু থোক্তে কবিনা হায়ববু চেন্থবিবা তুবেলগী ঈচেলবু থৌনা ফবা কনানা ঈহৌবকপদা হনগ্রো হায়বা য়াগনি ? অমরোমদা মুন্না খম্বক্লরবদি থুংনখিবা ঙাক্তুনা মুংশিনবা নত্তে; কাযনথিবা বয়াস্মু মুংশিনবগী মৈচাক্লা ঙাওনখিবা কযা অমা যাওবিবনি। শারবা মৈবক্তা সনানা যাহিপ তেয়বতোযরগা ফজরকপগুম অমদি চেংনা চোইর-চোইরগা ভৌনকপগুম্না মুংশিবস্মু কাযনবগা অন্নাবা কযা নংলগা মুংশিবস্মু শরুক চামা হেন্না হাপবৎলকই।

চিক্লবা অহিং অদুদা লম্লানবা কনা লৈতরে খন্দুনা মশাবী বীজয়দা অরেপ্পা য়ারানা ওইনজবা হৌরক্লমই।

ঐবু লৎনবিরগমু অমুক হন্না ; ঐগী করি ইরাল লৈথিত্তুনা নহাক্লা ইম্মোকপীরীবা ? নহাক্তুগী র থুলভনা হিংজরিবী ঐহাক্লি ঙসিফাওবদা। মুংশিবা হাৎবত্তুনা ঐগী থম্মোযদা মমি ভাথিবা মুমিৎ অতুদগী হৌনা নংভবু লাৎচখিবনি। রাশকচখিবদাই নংগা

নত্রবদি পুন্সিচুপ্পা ...। রাশক ভাকচবদা ঐস্থ লৈপাকলৈ কৌবী লৈরাংনা রাকচীংগী উলেন থাঙ, কালেনগী লৈতঙ্গাই মরক্তা লৈমন চনবমথৈ শাৎচরগা নৌরবা লৈনানা থিনগৎলকপগুম নংতগী রাথন্দা ঐনা হিংজরিবনি। থওইবীদ্রবা ঐ অমগী পুন্সিবু করিগীদমক্তা অরোইবা গুমিৎ অসিদা নংনা করিগী য়েৎলরি। ঐতনা নংগী পুন্সিস্থ নী'বা কাইহল্লবনি। ভসিদি মহাকস্থ লাকলবনিনা য়াম্না হুংঙাইজরে। ঐগী পুন্সিগী শাংলবা ইতিহাসকী অরোইবা লমায়-সিগী অরোইবা শরুক্তা নঙোন্দগী শেংলবা থম্মোয়না বীদায় লৌথি হায়বসিস্থ ঐনা পামজৈ। "ঐদি শাগে অমগী মৌনি।" অদুবু নমতুনা হকচাংতনা ওইজরুবনি; থরায় অমস্থং রাথলনদি ভসি ফাওবদা লেংদনা নংতবু হুংশিজরিবনি। অদুবু হন্দকী মপোকসিদাদ হুংশিবতু উৎননবা শক্তি লৈজদে।

রাহৈশিং অসি ভমথৈ লৈতনা হুংশিবগী রাঙাংনি অমস্থং কংবা নাইদ্রবা থম্মোয় লকাহুংদগী চেস্থরকপা ঈচেলনি হায়বদা করিস্থ চিংননিঙাই লৈতে। লৈপাকলৈগী তনিক-তনিক্লবা অর্থ চেল্লবা রাহৈ কয়ানা মপাল নাইদ্রবা বীজয়গী থম্মোয় তোর্বান্দা ততনা হুংশি চৈনাখোলতনা ঈথক হোরকলে। রাহৈ কয়ামরুমসি হান্ন-রমলগা কপ্ল-বপ্পা লৈপাকলৈ পুথ্রি তমনা চেনখরে। মিৎকুপ থরা অন্ত্রনা শুমলুরবা মীওইগুম লৈরম্বা বীজয়স্থ তুংইম্মনা চেনশিনখিতুনা লৈপাকলৈগী থুজেং প্যায়রতুনা ফারম্মী। ভমথৈ লৈত্রবা থাবলগী ঈপোমলক্লম শাথপ তেৎইনা পাইরিবা লাংভরুরবা ফেক্লাগুম নীংবা

কায়বতনা মশরুক ওইজরবী লৈপাকলৈগী রাহৈশিং অত্তুনা বীজয়দগী অনৌবা ফোংদোকচনবগী ঈনোৎ অমা হাপকৎলক্লমই ।

বীজয়না লৈপাকলৈবু মুংশি লোজাননা য়েংজরগা হায়জখিরমই । "লৈপাকলৈ, নংগী থম্মোয়দা পোথাকম খণ্ডবা অরাবা অমনা মতমলৈবা খিবিক্তা লোইনবগুম্না ঐগী থম্মোয়মুংদসু অরাবা, অপাম্বনা তপথহন্দ্রবা মীওইবগী শুক্লবা থম্মোযগী মিকপথোল অমদি লেঙদনা লৈরি হায়বসি নংসু থাজদবা তৌগনু। নংবু ফাখিবা মুমিৎ অত্তুদগী হৌনা ঐগী থম্মোয়দা তপথবা লৈখিদরে ; ঙালম্বা সংসারগী মরি পুন্নমক থদৎপীখিবগুম্না ঐগী থম্মে য়বু পুংমম মম-শিনথরে। নংতবু নীংশিং নীংশিংবা অঙাওবগুম্না অহিং কযা'মা কপচথবা, নংসু থল্লু লৈপাকলৈ নহাক নত্তবা ঐগী তাইবংপানসিদা কনাগুম্বী অমা লৈরিবগে ?

লৈপাকলৈনা বীজযগী রাহৈশিং অত্ত তারুবদগী হিক্ল হিক্লা কপল্লত্তুনা "ঐদি পাপ চেল্লবীনি। নংনা ঐনা অমূক হন্না উদনবা সংসার অসি থাদোক্কুনা চৎপা হায়বসি ঐগীদি অরোইবা রাশকনি। অমুক হন্না ঐবু অপনবা পীবীরগনু।" রাহৈ খরসি হায়বগা লোয়-ননা বীজয়গী মখোঙ শোক্লা থুরুমজখরে। বীজয়না লৈপাকলৈগী পিরাংশিং অত্ত তৈথোকপীরত্তুনা 'করিগী পুন্সিবু অত্তুক তমথীনা লম্মথাংদ্ল ··· । নংসু থল্লু লৈপাক্লে নং লৈত্রবা সংসারসিদা ঐনা হিংলুবগী করি কান্নখিগনি ?" অত্তুবু তেল্লবা পুন্সিগী মিৎকুপ থর-সিনা "নং + ঐগী" মপোকপুদি মুমিদাং অসিমনা মহৈ য়ালহন্লে হায়বা য়ারে।"

থাক্ত নোংইলগুম্না অহিং মিশেন থাওদুনা বীজয় অমম্নুং লৈ-পাক্লে মতম কুইনগী অপাম-মুংশিগী ঈপাক্তা চাক্তারিডৈদা লৈবাক্নী মীফা-মীপুন পুম্বিবা থৌনোম্বশিংনা খঙহৌদনা তান্নরক্লম্মী। অদুম ওইনমক বীজয়দি পুম্রি মপালগী মোংশোংলক্তা লৈশিনখিদুনা খঙ-হৌদনা মাঙবগুমগ্রে। তান্নরক্লিবা ফিজোল শেংপা কয়া অদু বীক্তয়না চঙশিনখিবা মাযকৈ অদোমদা তুংইন্নমা তাগখবে। মীচং মীথায নাইরবা অচৌ-পীশক খাযরম্লবা মীওইবগী মরক্তা হিংদুনা লৈগদবগী শরুকপুদি অশেং-অমাং খায়দ্রবা লাইজনুংদা যাইবী থরাইস থাগাগ খম্না খম্না লুববা পুম্রিমুংদা কুমথথরে। মহৌশানা ঈবোইনা হৈদবা থরাই পানবশিংনা ঈশিংদবু তাঙবদি ঈর কুদুনা শিবা হায়বসি ফক্লাংদা লৈতুম্না থাবগুম্বনি।

মিৎকুপ থরগী তুংদা বীজয় খর ফুইনা ফুইনা হোল্লদুনা হান্নগুম লৈপাক্লেনা লৈহৌবা মকম অদুদা থুংলরে। অরাবনি পীক্লবা পুম্রি অদুদা ঈরাক্লদুনা শিরম্লবা লৈপাকলৈবু উরুবা মিৎকুপ অদুমক্তদা কুমথদুনা লৌথৎলুরে। হম্না হম্না মশাদু নোমদুনা কৌজে অদুবু থরাই য়াওদ্রবা হকচাং ওইবনিনা থুম্লকখিদরে। অর বগী মথক্তা অবাবা, লু কোকপা কুমদা লেন তাবগুম অমদি ওমথৈ লৈতনা শারবা কম্বী'থক্তা ডৌরবা লেমলৈ ডাগুম্না বীজয়দম্মু থুংলরে। অসিগুম্বা কায়নবগী অরোইবা মতমসি লাক্লবদা মুঙগুম্লবা মুপা কয়াগী থম্মোয় ওইদুনম্মু মহী চেল্লক্তবা নাত্তে। মুংশি মৈচাক্সা ওমচাক চারুক্লবদা মপি তরং-তরং শিম্বরদুনা লৈপাক্লেবু মমিৎ পেম্না য়েংজদুনা থৌরবা থাঙ অদুনা মজোমতা থম্মোয়দা থুমনা

থিংজিঞ্জহ্না চৈনাখোলগা লোয়ননা লৈপাক্লেগী থরায় য়াওজবা হকচাংথক্তা হাযথক্লে।

তাইবং ফম্বাকথক্তা পুন্সিগী পনথুং ওইথিজবা 'শাবী-শানৌ' অনিগী তৎন-থানজবা থরায়না হুংশি পনথুং তাল্লুনবগীদমক্তা খুৎ-শম্নবহ্না লাইরমলেন্দা মপোক অমগীদমক চাক্তামিন্নথি। অহুগা থরায য়াওজবা শাবী-শানৌ অনিগী হকচাংনা উতুপ তাবগুম্না য়াম্না চীং লেম্না লোম্থোক্তবগুম যাতা হৌই লুপ্রাকোনগী লৈকোন্নংদা।

সংবান্নরবা অতিযাদা ঙাল্লম্বা থাজম্ম মুরবা নোংগী লক্তা চঙক্লে। অহিং অহুম্ম অশুম-অম্মুম মমশিল্লক্লে। অমম্বা মরক্তুদা অহিং মমৈ ওইবকপগী হৌনবা মীতৈ যেনবা লাবগী খোঞ্জেলম্ম তাম্ন-তাম্না খোঙলক্লে। ইথঙ-খঙহৌদনা নোং পুরক্লবা হুংশিৎনা অতিযাগী গ্রহ, থৌরান্মীচাক কযাবু হুমদোকথগে মতাগুম হুউ হুউ হুম্নক্লে। মতম অহুদদি হোংবা নাইজবা অতিযাগী শক্তমম্ম উথিদরে।

লোইরবা।

## কৌঙলক্লা লাইরিকশিং :—

১। লৈমন চল্লবী।

২। ভিক্ষারী।

৩। লাংওন মপোক অমদা। ( কৌওইবীগী য়ারী )

৪। লৈপাক্লে। (কোংজবা: তাং ১৩ | ৪ | ৮২ ইং। কপী ১০০০)

---

## কোঙলগদবা :—

১। ঐগী নাচোম ( শৈরেং )।

২। য়াংঙ, তম্ফা লাইরেম্বী। লাইগী য়ারী

৩। মাইরেম্বা কমরেং। ,,

৪। শারম ১০৮। ,,

৫। থোং-ঙাম মোন্দুম। ,,

৬। পোম্রিঙৈদা শাৎপ্রবী।

নম্ফম :— বিদ্যাপতি প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরী ৱার্কস
লিম্না, নাওরেম লৈকাই।